# অইবীগী ফোংলবা লাইরিকশিং

ক) তম্নবা লাইরিকশিং - টেকষ্টবুক ওইনা ঃ
(১) ফিজিকেল এডুকেশন ঃ ক্লাস রানগী - ১৯৬১; ক্লাস থীগী - ১৯৮১ ; ক্লাস ফোরগী - ১৯৮২ ; ক্লাস ফাইবগী - ১৯৮৩ ; ক্লাস আইটগী - ১৯৮৩ ; ক্লাস আইটগী (ইংলিস) - ১৯৮৪ ; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী - ১৯৯১ ।
(২) অঙাংগী বিজ্ঞান - ১৯৬৭ ; ভুগোল অনৌবা - ১৯৬৮ ।
(খ) রীশার্শ পব্লিকেশন ওইনা ঃ
ফিজিকেল এডুকেশন ইন দি স্কুলস অফ মনিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১ ; ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড এডজসমেন্ট (ইংলিস) - ১৯৮৮ ; এডুকেশন ইন মনিপুর (ইংলিস) - ১৯৯১ ; ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড স্পোর্ট (ইংলিস) - ১৯৯২ ;
(গ) সাহিত্যাগী মচাক ওইনা ঃ
খোমজিনবা বারেং (রেদিওদা ভাংথিবশিং) - ১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেশন (নুপীশিংগী) (বারেং) -১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (বারেং) - ১৯৭৮ ; অঙাংগী লৈকোল - ১৯৮৩ ; খঙনিংবশিংদো (অঙাংগী লাইরিক তাম্নবদা অনীশুবা মনা ফংগ্রবা) - ১৯৮৩ ;
স্বর্গগী লৈবাক্তুদা (লমকোই বারী) - ১৯৯৪ ।
(ঘ) ফোংলগদবশিং ঃ
কোম্বীং অপরেসন (বারী মচা) ;
নুপীগী শকলোন (বারেং)

(c) ডাঃ যাম্‌িনী ; ফোঙবা, রাই প্রবীনা ব্রদ´স,
শগোলবন্দ, তেরা পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল ;
খুংনম, অহানবা ১৯৯৪ , জানুৱারি তাং ১ :
মশীং চানঙা ; নম্ফম : প্রবীনা প্রিন্টিং হাউস্‌ ,
শগোলবন্দ, তেরা পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল ;
মমল লুপা কুননঙা।
মথুমগী লাইয়েকপা — ডাঃ পিঃ জয়রাজ
থোনা হাপ্পীবা — ডাঃ পিঃ রাইকুমার




SWARGA GI LIEBAKTUDA
Dr. Jamini Devi
Published by Rai Pravina Brothers, Sagolband Tera Bazar Imphal, and Printed at Pravina Printing House, Sagolband Tera Bazar, Pukhrambam Leirak Imphal, 1st Published : January 1, 1994 ; Price Rupecs Twenty five.

## রাইহে অমত্তং

পোক্লফম লমদমবু ত হেনবা মীংথোল পীবা মীওইবগী হৌনশা লিচংনি। অত্থুনা মনিপুরবু কৌই লমদমসিগী মীনা, সনালৈবাক। সিকিমগী মীশিংনা সিকিমবু কৌই, স্বর্গ। স্বর্গগী লৈবাক্তা চংলুবগী পাউদমনি লাইরিকসি।

খৃঃ ১৯৯১ গী জুলাইগী তাং ২ অমসুং ৩ দা সাহিত্য একাদেমী অমসুং সিকিম সরকার অনীনা খুংশম্নহুনা ইষ্টর্ন জোনেল উইমেন রাইটরস মীট শীনখি, সিকিমগী কোম্নুং গেঙটোক্তা। মহুদা শরুক য়াননবগী বাত্তর্ন ফংহুনা শরুক য়াজরুই। মহুদা হকথেংনরকপত্থু রারী ওইনা পুথোকচবনি। শেমজিন শাজিন্দুনা কল্পনাদগী পুথোকপা রারী নত্তে। পাউদম্বা হৈত্তবনা ওইগনি, প্রকৃতিগী শান্নফম ওইরিবা স্বর্গগী লমদমথুদি নিংথিজৈ।

ইরমদম হেক য়েৌরকপগা উরক তারকপত্থু ইথোক্কে নিংবনি, খুদক্তা অত্থুবু য়ুম্ব্‌বী অমা ওইবগী থোয়ামনে, ইশাগী পাংজদবা, হৈজ শিংজদবনে খুদক্তা মত্থু ওমজখিদে। শেন থুমগী থুদোংচাদবনা হৌজিক পুথোকলিবসিম্থু মচু তাবা ফজবা খুংনমস্থু ওইদে। মসিগী অরাংপশিং অসি লৈনা লৈনা মনিপুরী সাহিত্য লৈকোলগী নিংথিবা লৈরাং মরক্তা অচম্বা লৈ'খলসিম্থু লৈরাংজরি।

অইবী

# গেঙটোক

গেঙটোক সহরডু য়াম্না ফজে। ডিলিগেটশিংনা লৈরিবা সিনিওলচু লোক্তগী মেথরকপদা সহরগী নিংথিরবা চাংলেম্বা শক্তমডু তশেংনা উই। সিনিওলচু লোক অডু সিক্কিম সরকারগী তুরিস্ট লোজনি। হিমালয়গী সিনি-ওলচু চীংদোলদা শাবনি। মথোল মরীগী লিলাদিংনি। য়াম্না লৈ নাল্লি। কাঞ্চিংগী যল্লাং নাকল অমা নিংশেলনা ওই। ঐনা লৈবা কাডুগী থোংনাও হাংদোকপদা গেঙটোক সহর পুম্বা উবা ফংই।

থুমিদাংডুদা অতিয়া তরু তরুনা উই। তোঙান তোঙাননা চীংদোলদা খুন্দারিবশিংগী য়ুমদা থাউমৈ ময়ামডু থৱানমিচাক থোকপগুমই। কলিকতাগী বীরলা প্লানেটোরিয়মদা ঐনা উথিবা খুৎশেমনা থোকহনবা থৱানমীচাককুম চবুন চবুন ঙাল্লি।

ঙহাক লৈরগদি লৈচিন থাগৎলক্লে। লৈচিনগী ফীজংনা সহরডু খনজিনগ্লে। অথাপ্পদা জুগীনি নোংথাং কুপলক্লে। অডুদগী নাকোং য়েশিনবনখৈ হৌবা মথোল।

খঙপ্রেক খঙই। বোম পোকখায়রমাল্লে খললুই। অতৈদি নৎলমদ্রে। চীং-লক্তুদা নোং খাকপগী মখোল ওইরমলে।

নোং মরীক মরীক তাবা হৌরকই। মতুদগীদি নোংজাও। মথংদা জর জর হৈথরক্লে। ঐগী কাগী খোংনাওগী মিংশেলদু পুমচোৎ চোংলে। মুশি মুশিবা থাওমৈ মঙাল নত্তনা অতৈ অমত্তা উবা ফংদ্রে। শাংলবা লম্বীদা লাকপগী অৱাবা খাংতুনা সহরগী ফজবা দৃশ্যনা শুমহৎতুনা লৈরুবনি। পুম্নমক মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈথ্রবদা ফমুংদা হিপথরে। ফৈজুপ শুপচিল্লে। পাক তুমথবা য়াদে। মণ্ডল মণ্ডল খল্লি— মনিপুরনা কদায়দা ! গৌহাতি, বাগ-দোগ্রা, সিলিগুরি, সিকিমগী চীংলম্বী, পুক্রিং হুবা উপাল ৱাপাল, ৱাংল ৱাংলবা চীংচেপতা নপতুনা শাবা বিলদিং, সিনিওলচু লোজ, নোর্থ-ইষ্ট উইমেন রাইটরস মীটকী ডিলিগেটশিং।

মথংগী মুমীৎতা কনফরেন্সনি। নিংশিংলকই খৃঃ ১৯৭৫ দা পণ্ডিচেরীগী শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমদা পাংথোকপা ইন্টরনেসনেল উইমেন্স কনফরেন্সতু। কন-ফরেন্স অদুগী হৌদোকপগী থৌরমদু অতৈগীগা মান্নদে। ডিলিগেটশিং, অশিন অরাংশিং লোইনা তিল্লি। ৱা ঙাংবগী থৌরম য়াওদে। শ্রীমাগী খোনজেল অমা তেপরের্কোদতগী ময়ামদা তাহল্লি। ময়াম্না মেদিটেসন তৌদুনা মিনিট ৪৫ তুমিন্না ফম্নগা কায়নরকখি। ৱাখল খন্না খন্না লৈরম্বদগী তুমথখি। *

## কাঞ্চনজঙ্ঘ

অয়ুক্তদি অতিয়াহু পুমলং লংলমমে। মুংশাগী মঙালনা চীংদোলদা য়েরে। ডিলিগেট অমনা থিন্দুনা—য়েংউ! আদগীসে কাঞ্চনজঙ্ঘনি। শৈথাবা হৈতবগী ৱানি। করি অমুক হায়রুনি। চীংলেম্লবা কাঞ্চনজঙঘনা ফজবদো। অয়ুক্কী মেংলবা মুমীৎকী মশেক্লা উন্না কুপ্পা চীংদোলহুদা য়েবদা লুপানা ফুদোংবগুম নিংথিজখরে। ঙহাক্কী মন্নুংদা লৈচিন থাগৎলকই। কাঞ্চনজঙঘগী তুমত্রিক তুম্বা মানবা মতোলহু অমুক ঙান অমুক মম উরম্বদগী মীয়েংগী ৱাংমদা থুনা লানথি।

মুমীদাংৱাইরমদা মুমিৎনা চীংগী ৱাংমদা তাগ্রবদা থকতোকলকপা নিক নিক লাউবা মঙালহুনা আকাশ অমসুং পৃথিবীবু খায়দোক্লা উহল্লবা মতমহুদা কাঞ্চন-জঙঘনা অমুবা ফিজোল হোংই। নোংমগী মন্নুংদা তোয়না ফিজোল হোংবগুম কালেনথা, বসন্তা থা, হেমন্টা থা লাকপদা মহৌশগী পুক্লিং মতুং ইন্না কাঞ্চনজঙঘ-দি শক্লোন হোংলিবনি।

অসুক কুইবসি মশক ইউ উদনা ঐস্নু কাঞ্চনজঙঘবু খঙলে হায়না চাউ-থোকচরম্লিবনি। জেনেরেল নোলেজগী চিনফা পুরক্খিবনি। কাঞ্চনজঙঘ চীং-দোলগী অৱাংবা ফুট ২৮,২১৬ (মিটর ৮৬০৩) নি। পৃথিবীগী অৱাংবা চীং-দোলশিংগী মঙ্গুংদা অহুমশুবা মফম ফংলিবনি। কাঞ্চনজঙঘনা থুম, মিনরেল অতৈ, উন অমস্তুং থুজ্জু থুংলায়নচিংবা পোত্থোক পুথোক্লুনা সিকিমগী মীয়ামদা কান্নবা ফংহল্লি।

সিকিম প্রজাদদি কাঞ্চনজঙঘসি চুম্নগী চীং নত্তে। সনাগী তাংবলদা ফমদুনা প্রজাগী য়াইফ-ন্নুংঙাই পীবিবা লাইরেম্বনি। সিকিমগী প্রজানা কাঞ্চনজঙঘদা তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা ঈশৈ, জগোয়, হৈ লৈগা লোয়নন্না মহাকপু পুজা তৌই। বিজ্ঞান অমস্তুং টেক্নোলোজি চাওখৎলকপদগী মীওইবনা মুন্দ্রংদগী অমস্তুং লৈরানন্নুংদগী লোংতুনা লৈরবা পোৎশক কয়ানকমস্তু পুথোকখ্রে। অদুবু কনা থিজিন্দুনস্তু কাঞ্চনজঙঘবু খঙবদি লোইবা নাইদ্রি। *

## সিকিমগী খোঙচৎ

কনফরেন্স হৌরগা মরক্তা ডিলিগেটশিংতু লোজদা চাকলেন চাবা হল্লকনৈ। খরনা ফমহুনা পোত্থায়। খরনা ব্রারী শায়। খরনা টিভি য়েংই। লৈবু পামজবা ঐখোয় খরনা লোজগী অকোয়বদা থারিবা লৈ, শিড়িদা লৈরিবা গমলাগী লৈশিং য়েংই। ঐনা অমুক্তা উখিদ্রিবা ফজথ্রবা লৈ মথল কয়া উবদা পুক্লিং শুমহৎলি, হেক্তুনা পুরক্লিংই, খঙন-চান্নবা কয়াদস্থু উহল্লিংই।

সিকিমদা লৈ মথল য়াম্না শাৎলি। রোদোদেন্দ্রোনগী মথল নিষ্ণু, উরৈ, উতাংবীগী মথলশিং, ভেন্টিয়া, ব্লু পোপীনচিংবা মরাং কায়না ফংই। বোটানিষ্ট Hooker না চহি ১৫০গী মমাংদা সিকিমদা ফংবা লৈ মথল ২৯২০ পুথোকখ্রবনি।

- চহি খুদিংগী গেঙটোক্তা লৈগী মেলা তৌই। প্রজাশিংনস্থু লৈবু য়াম্না পাম্না হুংশিনা তৌই। য়ুমগী মাঙ্গোল, শুমাং, কাদা গমলাদা লৈ শাৎহন্দুনা লৈতেংই।
- লাইরবা ইমুংগী মী ফাওবা কৈথেল কারুবদা লৈ অমতংদস্থু লৈহুনা পুরকই।

অসিনা ওইরমাল্লে সিকিমবু লেগু ওফ ক্লাবারস্‌ কৌনরিবা।

সিকিমবু নেপালিশিংনা 'সুখীম' হায়বদি অনৌবা য়ুম, টিবেটানশিংনা 'ডেনজোং' হায়বদি ফৌগী তম্পাক, অদুগা সিকিমদা থায়নদগী খুন্দারকপা লেপচাশিংনা 'নে-মাল-আলে' হায়বদি স্বর্গ কৌই।

স্বর্গী লৈবাক্তদা ঐনা চৎলুবসি খৃঃ ১৯৯২ গী জুলাই থাদনি। সাহিত্য একাদেমী অমসুং সিকিম সরকারনা পুন্না শীনমিন্নদুনা পাংথোক্কদবা ইষ্টর্ন জোনেল উইমেন রাইটরস্‌ মীটতা শরুক য়ারোলাও হায়না বার্তন ফংবদগী চৎপনি। চুম্না শরুক য়ারোলাও হায়বতা নত্তে। লাইরিক ইবী নুপী ওইনা থেংনবা অৱা নুংঙাই করি লৈবগে ফোংদোকলুরাউ হায়বনি।

ঐনা জ্ঞান তারকঙৈদগী নুপীশিংনা সমাজদা থেংনরিবা সমস্যা, অৱা নুংঙাইগী মরমদা ইবা ঙাংবা হৌরকপনি। কনানা তাবীরিবা, কনানা থংবীরিবা কনানা মাইকৈবা ফোংনবীরিবা খঙদে। হন্দক্কী বার্তন অসিমদি মতা অমনি। ঐবুসু নুপীগী মরমদা ঙাংজরো লাউ হায়বনি। ঐগী পেপরদা, ৱারেংদা ৱারিদা মৈতৈ নুপীগী শক্তম তৱা-নুংঙাই, ফোংদোকপগী খুদোংচাবদু কনফরেন্স অদুনা পীরকখি। মদুগা লোয়ননা মনিপুরী সহিত্যগী থন্ন নৈনবগী মতাংদা খুদোংচাবদুসু কনফরেন্স অদুদা ফংখি।

ইম্ফালদগী সিকিম য়ৌবা লম্বীসি ফরক তাবা লম্বীনি হায়বা তাই। ইরায় লাঙ্গনা চৎপা য়াবদি ইম্ফালদগী সঙাই ট্রেভেলরস, ব্লু হিলস নত্রগা কংলৈপাক ট্রেভেলরসগী বস তোংদুনা সিলিগুরি ফাওবা চৎলবা অদুদগী সিকিম ট্রান্সপোর্টকী বসনা, গেঙটোক য়ৌবা অসিনি। নত্রগা ইম্ফালদগী ডিমাপুর ফাওবা বসনা, ডিমাপুরদগী গৌহাটি ফাওদুনা ট্রেননা সিলিগুরী য়ৌবা অদুদগী বসনা অমুক সিকিম; অদু নত্রগা এরোপ্লেননা বাগদোগ্রা ফাওবা পাইরগা, বাগদোগ্রাদগী সিলিগুরি ফাওনা টেকসি নত্রগা ওটোরিকসোনা অদুদগী অমুক বসনা পুং ৫ চৎলগা সিকিমগী কোনুং গেঙটোক য়ৌগদবনি।

বসতা নুমিৎ হুম্নি মরিনি ফমহুনা খোঙ খুৎ তিংথোকপা য়াদমখৈ চৎপহুমা ঐনা য়ানিংদ্রে। বসনা অমুক চৎ, ট্রেননা অমুক চৎ তৌবদা লম্বীদা লেকফম চাফমগী খুদোংচাদবা য়াম্না লৈ। নুপীনা মতোমতা লংফৈ চৎপদা খুদোংথিবা য়াম্না থেংনৈ। তাঞ্জা চাবদা নুপীশিংদগী খুদোংচাবা লৌরগে হায়বা মী কয়া সমাজসিদা লৈ। থরদং মওং চাদবদা নুপীবুদি বদনাম হেক্তা তৌবী। নুপীগী নিংতম্বগী ধ্বা ভাংলগসু নিংতম্বদি ফংদ্রিবনিনা নুপীশিংনা মীকুপ নাহুম য়েংনা চেকশিন্না চৎতবা য়াদে। অহুনা অকোনবদা ব্রারেপ লৌরে এরোপ্লেন্না চৎপা হায়না। মহুগী মচৎ অহুসু ইরায় লাঙ্গনা থোকত্রিবনি। মতম অমদদি ইম্ফালদগী বাগদোগ্রাসি গৌহাটি ফাওরগা নোংমদা মতম থঙিক্তংদা য়ৌরম্বনি। মহুসু ওইদ্রে। ইম্ফালদগী গৌহাটি ফাওবা এরোপ্লেন্না পইরগা অহিং অমা গৌহাটিদা লেকপা তাই। মথংগী নুমিত্তা বাগদোগ্রা ফাওবা গৌহাটিদগী এরোপ্লেননা য়ৌরগা সিলিগুরীদা অহিং অমা লেক্লগা মথংগী নুমিত্তা বসনা সিকিম য়ৌবা লম্বীহুনি ঐনা চৎনবগী শেমশাবহু।

জুলাইগী তাং ২ অমসুং ৩দা পাংথোক্কদবা ব্রাইটরস্ মীট অহুগীদমক জুনগী তাং ২৯ দা ইম্ফালদগী খোংশাল্লি, এয়ারবস ফ্লাইট নম্বর ৮৯০ না। গৌহাটি এরোড্রোমদগী বসনা হায়গৎলকপদা খল্লি কদায়দা লেকসিগে। বসতগী পোৎচৈ লৌথরগা রিকসোনা য়ৌরে শরনিয়া আশ্রম, কাহুরবা ট্রষ্টনা সিংথৎলম্বহু। সমাজগী সেবদা কথোক্লবী আসাম চন্দ্র কুমারী অমোলপ্রভা দাসনা শারনিয়াদা লৈবা মাগী লন অহু আশ্রমদা কথোকখি। মফম অহুদনি আশ্রম লৈরিবহু। চৌংদোল মচা অমগী মথক্তনি। আশ্রমগী অকোয়বদা মনম হুংশিনবা লৈশিং- লৈহাও, চিনিচম্প্রা, চিগোংলৈ মালিকা, জাতিনাচিংবা মথল কয়াগী লৈ শাংলি' থৈবোং হৈনৌ, চম্প্রা, কমলা, লক্ষুপাম্বীশিং হৌরি। আশ্রমগী হৈপাল্লশিংদগী ফংবা উহৈশিংনা আশ্রমদগী লৈরিবশিংগী চাবদা শীজিন্নৈ।

মহাত্মা গান্ধীজী লাক্কুনা আশ্রমতু শঙ্গাখিবনি । গান্ধীজীনা মখোঙদা ফমদুনা মোইথাপ নাইরম্বা উপাস্বীতু মপুং মরৈ ফারে । গান্ধীজীগী নিংশিং থুদম ওইনা মানা লৈবীরম্বা থাংপোকশঙ অমসুং উপালতু ঙসিসু আশ্রমতুদা লৈরি ।

আশ্রমগী থবক থৌরম পুরিবশিংতু মুপীঙাক্কনি । আশ্রমগী ষন য়েংশিন্নবা চৌকিদারগী থবক পুবা মুপা অহল অমা অনি লৈ । থৌশিল পুরিবশিংনা আশ্রমতুদা মুপীমচাশিংবু ফিশাবগী ত্রেনিং, বালরাদিগী ওজাগী ত্রেনিং পী । আশ্রমদা লৈরিবীশিংনা নিয়ম অমগী মথাদা চম্না পুন্সি লেল্লি । অতোপ্পা লমদগী লমকোয়বা লাকপা মুপীমচাশিংনা লৈবা য়াবা গেষ্ট হাউস অমা আশ্রমতুগী লৈ । মফম অতুদনি ঐনা লৈগনি হায়না লাক্লিবসি ।

খৃঃ ১৯৫৬ তা অহানবা ওইনা ঐনা আশ্রমসিদা লাকখি । মতু ঐনা ইন্টরমেদিয়েট সাইন্স তমলিঙৈদনি । ঐখোয়না য়ুথ ফেষ্টিভেল য়াওবা চৎপ-দনি । দিল্লীগী টালকাটোরা গারদেন্সদা ইন্টর ইউনিভরসিটি য়ুথ ফেষ্টিভেল পাংথোকপতুদা মনিপুরগী ডি, এম কলেজদগী ছাত্রি তরেৎ, ছাত্র তরেৎনা গৌহাটি ইউনিভরসিটি রিপ্রেজেণ্ট তৌতুনা ফেষ্টীভেলতুদা কবুই নাগা জগোয় শারুই । ঐখোয়গী টিমনা মকোক ওইতুনা অহানবা মনা ফংলকখি । মতুগী হরাওবা ফোংদোকপা ওইনা গৌহাটি ইউনিভর্রসীটিনা ঐখোয়বু তরাম্না ওকলমখি । ঐখোয় নোংমা গৌহাটিদা লৈরকখি । মুমীৎতুগী মুংথিলদা ঐখোয়গী ওজা ইন চার্জ শ্রীমদন গোপাল শর্ম্মানা পুবীতুনা আশ্রমসীদা লাকখি । আশ্রমতুদা মনিপুরদগী মুপীমচা মরীথক শালরাদি ওজাগী ত্রেনিং য়াওরমই । ওজা মদন গোপালগী মচনমুপীসু ত্রেনিংতুদা য়াওরমই ।

য়ুথ ফেষ্টিভেলদা জগোয় শারুবদগী হল্লকপনি হায়বতুদা আশ্রমগী কাংবুনা ঐখোয়দা জগোয় শারম্মু হায় । পুঙ ধোলক য়ৈদনদি শাবা য়ারোই হায়বদা তফৎ মচা অমা পুথোরকই । ওজানা তফৎতু য়ৈরগা ঐখোয় মুপী তরেৎনা কবুই নাগা জগোয় শারমই, আশ্রমগী মঙ্গোলতুদা ।

আশ্রমগী থৌশিল পুরক্লিশিং - হেমা কাকোটি, শাকুনতলা দাস, হেম ভারালী, পুর্নিমা দাস মচিংবীশিংদি পোৌনর আশ্রমদা কনফরেন্স য়াওমিন্নবদা খঙনরকখিবনি। খৃঃ ১৯৭৬ দা রাধাদা বিনোবা ভাবেগী আশ্রমদা ইন্টরনেসনেল উইমেন্স কনফরেন্স অমা পাংথোকখি। কনফরেন্সতুগী হিরমদি "উইমেন্স পীলগ্রীমেজ টু স্পীরিচুয়েল ফ্রিদম" হায়বা অসিনি। পৃথীবীগী তোঙান তোঙানবা লমগী স্থুপীশিংহু শরুক য়াখি। আসামদগীনা অমোল প্রভা দাস না লুচিংহুনা অচৌবা ডিলিগেসন অমনা শরুক য়াই। মনিপুরদগী ঐগা লোয়ননা স্থুপী কুননা শরুক য়ারুবনি। আসামগী ডিলিগেটশিংগা ঐখোয়গা য়াম্না নুংশিনা শকখঙ মায়থংনরকখি কনফরেন্স অম্তুদা।

খৃঃ ১৯৮০ দা অনিরক শুবা ওইনা ঐহাক শরনিয়া আশ্রমদা লাকখি। হন্দক্তি মফমহ্দা মুমিং মঙানি লৈরুনা আশ্রমগী থবক থৌরম লাইশোল নচিংবা য়াওবগী খুদোংচাবহু ফংখি। মহু ঐনা গৌহাটি ইউনিভরসিটিদা পিঃ এসঃ ডিঃ পরিক্ষাগীদমক লাকপদনি। মতমহুদা আসামদগী মীরৈবাক মচা তাম্থোকপগী অকনবা আন্দোলন চথবা মতাংনি। মহুগী শহুম মনিপুরদহু য়েৌই। ঐনা গৌহাটি চংকদবা মুমিংতুদা এয়ারলাইনসকী মী খিনবা গাড়ীহু মৈ থাখি। এরোপ্লেন তাখিদে। য়াম্না য়ানা হোৎনহুনা মথংগী মুমিংতা গৌহাটি য়োহুনা চাংয়েং পরিক্ষাহু য়াওবা ফংখি। গৌহাটিদা কর্ফিয়ু তৌবদগী য়ুমদা হনবা য়াখিদে।

মসিগী মমাংদা গৌহাটিদা ঐহাক তোয়না লাকখ্রে। লাকপা খুদিংদা গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী গার্লস হোষ্টেলদা গেষ্ট ওইনা হেক হেক লৈ। সুপরীনটেনডেন্ট ডাক্তর কুঞ্জ মেধিহু ঐগী ইমান্নবীনী। মাগা ঐগা ইম্ফালদা কোলেজগী ওজা ওইমিন্নরম্বনি। মতুংদা মহাক গৌহাটি ইউনিভরসিটিদা থবক মথম হোংখিবনি।

ইন্দকী মতাংদদি মেখিনা ঐবু মাগী হোষ্টেলদা লৈহনবা ঙমদ্রে। চীংনা কোইশিনবা লবুক মরক জালুকবারীগী খুস্তাক লানশিরগুন্নবা গেষ্ট হাউসতুদা ঐহাক লৈখি। ইচিক চিক্লবা লমহাংগী যুমছদা ইতোমতা কা অমদা লৈবতু য়াম্না নুংঙাইজখিদে। মীওইবা হায়বসিদি মরুপ মপাংগা সমাজদা নত্রবদি হিংবগী নুংঙাইবা লৈতে, হায়না আলেকজেন্দর সেলকার্কনা হায়বতু ইশাদা ফাওরকখি। অতুননি ঐনা শরনিয়া আশ্রমদা লৈবা লাকখিবতু। ঐগা হান্না খঙনখিবা আশ্রমগী নুপীশিংতুনা ঐবু তরাম্না তৌবীখি। আশ্রমগী ঈংনা তপ্পা হিংবা মরক্তা লৈতুনা পুক্নিংদা শান্তি য়াম্না ফংখি।

নুমিৎ অতু খৃঃ ১৯৮০ গী এপ্রিলগী তাং ২১ নি। নুমিদাংবাইরমনি। আশ্রমগী নুপী মচা অমনা ঐবু গেষ্ট হাউসতগী কৌরে - "বাইদিও! ঙরাং নংনা প্রেয়ার মতমদা শকপা রামধুন অতু শকলো লাও হায়রে। ঙসি ঐখোয়গী নাক্তা আসামগী রাজ্যপাল ওইরম্বা চৌধুরী সাহেব লেংঙকই"।

চৌধুরী সাহেবতু পুন্সিদা ফংবা য়াবা মীংচৎ, পদবী কয়া ফংত্রবনি। থবক্কী পোখাতুনা লৈরবা অহল ওইরবা হান্নগী গর্ভনরতু হরাও তয়াম লন্থুম পামত্রতুনা শান্তি থিবা লাকলি আশ্রমথুদা। নুপীমচাশিংনা লাইশোল ঈশৈ শকপতু তাবা লাকই। গান্ধীজীনা পামজরম্বা লাইশোল ঈশৈ "বৈষ্ণব জনতো তেনে কহিয়েজে পীর পরাই জানরে"। অমসুং "রঘুপতি রাঘব রাজারাম পতিতপাবন সীতারাম" ঐবু শকউ হায়দনা শকলমই।

চহি ১২ গী তুংদা অমুক গেঙটোকতা উইমেন রাইটরস মীট য়াওবা লাকপসিদা নোংমা লেক্কে হায়না শরনিয়া আশ্রমদা লাক্লিবনি ঐ।

মথংগী নুমিৎতা আশ্রমদগী বিদায় লৌতুনা টেক্সিনা গৌহাটি এয়ারপোর্ট তান্না চৎলে। এরোপ্লেন ঙাইমিন্নবা মী কয়াগা ফমিন্নে। রারী শান্নে। গেঙটোকতা নুপীগী অরা নুংঙাইগী মরমদা খন্ন-নৈনবা কনফরেন্স য়াওবা

চৎলিবনি হায়বদা ন্নুপীমচা অমনা ৱাকৎ অমা থাংঙৎলকই। ন্নুপীমচাহ্নু টিবেট মচানি, শিলংদা লৈবনি। বাঙ্গালোরদা মমা-মপানা কারবার তৌরীবহ্নু মত্তেং পাংবা চৎলিবনি। "নখোয়না ন্নুপীগী ৱা হায়বদা অসিমম্নু য়াওবীরম্মু" ন্নুপীমচাহ্নুনা হায়জরকই, - "টিবেত তদি ন্নুপীশিংনা বেসিক হিউমেন রাইটস ফংবা ঙমদ্রে। ন্নুপীবু ওৎপী নৈবীরে। নমহ্নুনা মচা য়েৎথহল্লে। খৃষ্টানগী লম্বোইবী (নন) শিং ফাওবা নমহ্নুনা ইজ্জৎ মাংহনবীরে"।

মাইকতা লাউরকই "ইন্দিয়ান এয়ার লাইনস ফ্লাইট নম্বর ৪৮০ বাগদোগ্রা জানেকে লিয়ে তয়ার হৈ"। কায়নরে। ❋

## সিলিগুরীদগী সিকিম

বাগদোগ্রা এরোপ্লেন তাফমদগী সিলিগুরি ফাওবা টেক্সিনা চৎলি। মথংগী নুমিৎতা সিকিমগী ট্রান্সপোর্ট বসনা ডিলিগেট অতৈগা লোয়ননা ঐখোয় গেঙটোক মায়কৈ পাংই। বস অহনা সেকেণ্ড গ্যারদা ঙংল ঙংলহনা চীংলম্বীদুদা থোৗগৎলি। সিলিগুরীদগী সিকিম পাংবা লম্বীদু ইম্ফাল দিমাপুর লম্বীগা অমহানি। ইম্ফাল তুরেলনা থেক্লা খোয়না লম্বীগী নাকলদা চেনবগুম তীস্তা তুরেলনা লম্বীগী য়েৎলোমদা অমুক থৈ, ওইরোমদা অমুক থৈদুনা যাত্রিকশিংদুবু ঙাকশেন্দুনা গেঙটোক য়ৌবফাও থিল্লি। শক্লোন পুবী তিস্তানা থেক্লা খোয়না অঙম্বা অমুক কা, অনেম্বা তম্পাকতা অমুক চেন তৌদুনা ময়ামবু কোইন ইন্নে। মফম খরদনা তুরেলদুগী ঈশিংদু তরু তরুই। মশা নানবা মুশুক মুবা মুংজাও খরা মঙকতু ঈশিংদগী থিঙ্গৎতুনা লৈবস্থু মরক মরক্তা উই। মফম খরদনা ঈচেল কনবী তিস্তানা উনা শিংনা চেস্থহনা

পুষ্ট। তুরেলহুনা শাক্নুংগা লোয়ননা অঙৎপদগী চেন্থবদা রা রা লাউবা মখোল তাই। মাকলদা তুরেল য়েংলদেগী ঙক লৈশিল্লকপদা থেক থোয় তৌবা চীংলম্বীহুদা বসনা রং রং, হুইস হুইস হায়না গাড়ী থৈনবহুদা শ্বায় শ্বায় লাওই। চীংগী থেক থোয় তৌবা লম্বী, নাকল অনীদা চীং, লোকচপ, তুরেল, রাংল রালবা উজাওশিং লৈবিবহু ডিমাপুর লম্বী অমসুং সিকিমগী লম্বী অনীমক্তা চপ মান্নবা লৈ। অহো! তুরেলগী মথক্তা শাবা থোংহু কারোংগী থোংগা অমহানি।

সিকিমগী সিমানা লাননিশিল্লকপদগীদি মহৈশাগী ফজবনা ঐথোয় পুম্ববু পুনশুন শুমহংখ্রে। হিমালয় চিংশাংনা মাথা শাংথ লেংথনা লৈখ্রে। অথাপ্পদা ওক পাহীগী উমংনা পাকনম্না লৈখ্রে। চীংমায়দা নপ্পুনা হৌরিবা উপালদা মখল মখলগী মচুগী উরীনা য়েংলি। তুংশিংনা হুম্বদা চীংমায়দা হৌরিবা [illegible] ঙগোয় শাবগুম হাইনা ছমলিবা য়েংবগী পেনবা নাইদে। [illegible] কবিশিংনা, লাইয়েকপা কলাকারনা দৃশ্য অতুগী [illegible] ফাওজনবা ঙমগনি থক্লি। কবি Keats না হায়বা "এ থিং অফ বিউটি ইজ এ জোই ফোর এভর" হায়বহু মীপুম খুদিংদা ফাওজনরিংই।

[illegible] পকিং! ফজনা পোং অমা উরগা ইতোমতা [illegible]। ঐগী মকপমপাং, মরী মতা পুন্নমকপুং ফজবহু [illegible]। [illegible] চীংজোনগী উনপাক অহুদা নুমিতকী মঙালনা [illegible] লংনা ফজবদো। বঙ্গোপসাগরগী ঈশিং লৈমায়গা [illegible] নীকুপ [illegible] ফজবা দৃশ্যদো ময়ামদা যাওজনবা চঙগী ঐগী শক্তি লৈতদে। মতু উবমক্তদা লাওই ময়ামদা- "য়েংউ য়েংউ ফজদয়া য়েংউ"।

ইন্ডিয়া হায়নসি "লেন্দ অফ নাইভর সিটি" নি হায়বসিমক য়াবা তাবনি। খেন্নবগী খোন্নবা ডাক, ফজবগী, অথৌবগী মখল কয়া লম্বী চৎপহুদা য়েংনৈ।

কনফরেন্সকী চংপহুদা গৌহাটি. অমসুং সিলিগুরীদদি শাবনা ফেন থাদ্রবদি তুম্বা য়াদে নুমিদাংদা। গেঙটোক য়ৌবদদি ঈংবনা নুমিদাং তুম্বদা কান্থা অমগা কমপোর অমগা শুপ্পী। গেঙটোকিনা ঈংবগী মরমদি য়াম্না ৱাংবা মফমদা লৈবননি। সিকিমগী কোন্নুং গেঙটোকতু সমুদ্র ইমায়দগী ফুট ৬১'৩৫ (মিঃ ১৮৭০) ৱাংবা মফমদা লৈ। অশংবা ফৌনাগী টেরেসনা, ঈচেল য়াংবা তুরেল্লনা, উন্না কুপ্পা চীংদোললনা কোয়শিল্লি গেঙটোক সহরতু। সিকিমগী রাজনিতী অমসুং ললোন ইতিক্কী মরুওইবা মফমনি। সহর অতুদা মীশিং ৪২,৩৮২ লৈ। সিকিম পূম্বগী মীশিংদি ১৯৯১গী মীকোক থীবগী মতুংইন্না ৪,২১,৫০০ নি। মনিপুরগী মীশিংগী শরুক মরী থোকপগী অমা ফাওবা য়ৌদে। ❋

## রাইটরস্ মীট

জুলাইগী তাং ২ দু কনফরেন্স হৌবা নুমিৎনি। সিনিওলচু লোজদা ডিলিগেটশিংদু পুন্না লৈমিন্নবনি। লোজদা ব্রেকফাষ্ট লৌরবা তুংদা ডিলিগেট-শিংনা কনফরেন্স য়াওনবগীদমক পুন্না বস তোংদুনা গেংটোক্কী কম্যুনিটি হোল তান্না চৎলি। পুং ১০ তাবদা সিক্কিমগী আর্টস এণ্ড কলচরগী সোং এণ্ড ড্রামা ইউনিটনা শৈরেং ঈশৈ শক্তুনা সভাদু হৌদোকই। সিক্কিমগী চিফ মিনিষ্টর নর বাহাদুর ভাণ্ডারীনা কনফরেন্স হৌদোকপগী ভাযন পী। মথংদা পেপর পাবা, নৈনবগী শরুকনি। নুপীনা চেয়ারমেননি, ওবজারভরনি, মেডিয়েটরনি। মবৈ য়েংনৈ। মতম শাংমল্লে, মতম খরগা চথখিগে হায়বগী অঙম তান্নে।

মরক্তা লোজদা হল্লকতুনা চাকলেন (লনচ) চাই। অমুক কনফরেন্স হোলদা হল্লকতুনা ডিলিগেটশিংনা মশা মশানা ইবা অথন্নবা ৱারেং, শৈরেং ৱারী পাখোকপগী তাঞ্জা পী। নুমিৎ নিনিগী অকনবা লালনি। নৈনরিবা




## সিকিমগী ফোক ডান্স

মুস্যু ওইরিবা সিকিমনা কনফরেন্সকীদমক লাকলিবা ডিলিগেটশিংবু তরাম্না ওকই, নিংথিনা পিজ পীথক তৌই, মীয়োক মীচান ফজবা উৎলকই। কনফরেন্স লোইবা মতম্তা ডিলিগেটশিংবু ষ্টেট ডীনর পী। আর্টস এণ্ড কলচর বিভাগনা সিকিমগী ফোক ডান্স উৎলকই। সোং অমসুং ডান্স অদুগী মতেংনা সিকিমগী মশাগী ভোপ তোপ্পা কলা সংস্কৃতিদু ময়ামদা উথোরকই।

নিংথিনা তনজুনা হৈশিংলবা কলাকারশিংনা ডিলিগেটশিংদা উৎলকখিবা সিকিমগী ফোক ডান্স শিংদি লেপচাশিংগী 'য়াক ডান্স' 'ধমরা জো লোক' 'চু ফট' নেপালীশিংগী 'তামাং শেলো' ভুটিয়াগী 'দেনজোং নোরলীং' অমসুং 'টাশি জালদা'নি।

য়াক ডান্স অদু য়েংবদা য়াম্না নীং পেল্লি। লমদমগুগী মীশিংনা কাঞ্চনজঙ্ঘ চীংবু তৌবীমল খঙবা উৎপ ওইনা শাবা জগোয়দু য়াক ডান্স হায়রীবসিনী। কলাকারশিংনা য়াক হায়বা শা অদুগী শক্তম লাংদুনা ধোল য়ৈদুনা

তান্থা নাইনা শাবা জগোয়নি। অৱাংবা চীংগী লমদা লৈবা মী.শিংগী.দি য়াকন মখোয়গী মরুপনি। য়াকনা মখোয়দা ষঙ্গোম পী। মতুদগী ফি শাই। অরাংবা চীংলম্বী চৎপদা য়াক তোংতুনা চৎলি। জগোয়তুদা উৎলিবদি য়াককা ষনসেন নাহাগা অনীনা খোল্, যন্ত্র অতৈ অমস্তুং ঈশৈগী তান্থাদা জগোয় শাবতুনি। চু ফট হায়বা লেপচাগী ফোক ডান্স অতুস্তু কাঞ্চনজঘ অমস্তুং মসিগী চীংদোল মরী হায়বদি কাব্রু, পন্দিম, সিমক্রুম অমস্তুং নরসিং মঙা অসিবু থাগৎতুনা অমস্তুং তৌবীমল খঙবা উৎতুনা শাবা জগোয়নি। চীংদোল মঙা অসি লমদমতুগী.দি লোংতুনা থম্বা লনগৈনি। মীনা শিজিন্নরিবা থুম, হিদাক, লাংথক খনিগী পোং-চৈ, অশেংবা ধর্ম্মগী লাইরিক অমস্তুং চীঙ্গাকনচিংবা মফমশিং অতুদা ফংই। চুফট হায়রিবা জগোয় অসিদা কলাকারশিংনা খুৎতা মৈ অমস্তুং রাগী অশংবা মনা পায়দুনা লাইশোল ঈশৈগা লোয়ননা জগোয় শাই।

ধমরা জোলোক হায়বা জগোয়সি লেপচা কাংবুগী চঙ্গী লৌরোক জগোয়নি। কলাকারশিংনা খুৎতা লৌ থাউবগী খুৎস্তু খুলায় পায়তুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা জগোয় শাই।

দেনজোং নোরলীং হায়বসিনা ভুটিয়া কাংম্লুপকী জগোয়নি। সিকিমগী লনগৈ ওইরিবা কাঞ্চনজঙঘ, উন্না কুপ্পা হিমালয়গী চীংদোলশিং, রোদোদেন-ড্রোন পাম্বী, প্রিমুলা, গুফা অমস্তুং ধর্ম্মগী অশেংবা মফম, খনিগী পোখোকশিংবু জগোয়না অমস্তুং ঈশৈনা শৈথাতুনা উৎলি।

টাশি জালদা হায়বসিস্তু ভুটিয়াশিংগী জগোয়নি। লৈশাবী অমস্তুং পাখঙনা মখুৎতা "খাদা" পায়তুনা জগোয় শাই অমস্তুং খাদাতু অমনা অমদা পী। খাদা হায়বসি রুমালগুম্বা, সিলক্কী ফি মচেৎনি। মসি পুকচেল শেংবগী, শান্তিগী, চাওখৎপগী খুদম ওইনা সিকিমগী মীশিংনা ব্যবহার তৌনা শিজিন্নৈ।

কনফরেন্স হৌদোকপা মুমিংতা সিকিমগী চিফ মিনিষ্টরনা ডিলিগেটশিংদা খাদা পীতুনা ময়ামবু ওকই। অরোইবা মুমিংতা আর্টস এণ্ড কলচরগী সেক্রেটরীনা ডিলিগেটশিংগী ওক্তা খাদা হুক্তনা বিদায় পীরকই।

মারুনি হায়বা জগোয়তুদি নেপালীশিংগী খ্বাইদগী কুইরবা অমসুং মমিং য়াম্না চৎপা জগোয়নি। লৈশাবী মচাশিংনা ফজরবা ফিরোল, অকে অমৌগী লিককোল শিরগা জগোয়তু শাই। জগোয় অতু য়াম্না চীং লেমই। অর্থ খঙদ্রবসু ঈশৈগী সুর শব্দতু তাবদা য়াম্না নুংঙাই।

নেপালীগী জগোয় অতোপ্পা অমা উহল্লকপতু তামাং সেলো হায়বতুনি। মতুবু ধমপু ডান্স হায়নসু খঙনৈ। ধমপু হায়বসি তামাংশিংনা খোংবা যন্ত্র অমগী মমিংনি। যন্ত্র অতু খোংতুনা কলাকারনা জগোয় শাই। মতু মরুওইনা লুহোংবা, মেলা অমসুং অঙাং পোকপনচিংবদা নুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা শাবা জগোয়নি। ❋

## সিক্কিমগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপ

সিকিমগী কল্পা অমসুং সংস্কৃতিদা জাতি কাংলুপ খুদিংনা অচৌব। খুদোল তমই। সিকিমদা লৈবা জাতি কাংলুপশিংদি লেপচা, ভুটিয়া অমসুং নেপালীনি।

লেপচাশিংনা সিকিমগী অহানবা খুন্দা লৈতাহনা লৈরকপা মী কাংলুপনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি মখোয়গী মশিং অসি য়াম্না হন্থরে। মখোয়সি য়াম্না পুকচেল তপ্পা জাতিনি। মখোয়সি কাঞ্চনজঙ্ঘ চীংগী চীংমায়দা মায়েল (Mayel) হায়না খঙনবা, মথায় থায়নগী লৈবাক অমদা লৈরম্বনি; মখোয়না চীঙ্গাক থিবা ওইনা সিকিমদা লাকখিবনি। লেপচাশিংনা উমংগী অচিকপা লমদমবু নুংশিজৈ, অদুনা, মখোয়না তম্নাংবা চীংগী লমদা ঈংনা চিঙ্কা অকোযবদা লৈবা মহৌশাগী পোৎশকশিংগা লোয়ননা হিংদুনা লৈ। লেপচাশিংসি ফি শাবা য়াম্না হৈ। মখোয়না রা অমসুং উদা হুকতুনা ফজ ফজরবা পোৎ চৈ কয়ামরুম শাই। লেপচাশিংগী মশাগী লোল অমসুং ময়েক লৈজৈ। লেপচাশিং অয়াম্বদি নোংপোকথংবা সিকিমগী ডোংজু পেনলোং অমসুং ডেকচু ভেলীদা লৈ।

ভুটিয়াশিংনা নোংপোকথংবা টিবেট তগী লাক্তুনা ১৫ শুবা সতাবদীদা

সিকিমদা খুন্দাখি। মখোয়সি লাল পাম্বা কাংলুপনি। ভুটিয়াশিংদি লৈ নাইবা, মচু শংবা অমসুং ফিশা লোনশাদা য়াম্না হৈশিংই। ভুটিয়া নুপীশিংনা সনা লুপা, অকে-অমোংগী ফিজেৎ লৈতেং শীজিন্নৈ। ভুটিয়া নুপীশিংদি মখোয়গী সমাজদা থাক ৱাংনা লৈ। লুহোংলবা নুপীশিংনা মরী মরী লাংবা এপ্রোন অমা খ্বাংদা শেৎতুনা মৌ ওইরবনি হায়বগী খুদম চৎনবী থমই। ভুটিয়াগী সমাজদা নুপীনা নুপা লোনবগী চৎনবী লৈ। অতুম ওইনমক হৌজিক্কী মতমদদি চৎনবীসি লৈত্রে হায়না সিকিমগী ডিলিগেটনা কনফরেন্সতা ফোংদোকই। মখোয়না হায় সিকিমদা নুপীগী অউনপোৎকী সমস্যা লৈতে। নুপীবু অচাং ওইরিবৈদা লুহোংবীবগী চৎনবী লৈতে। নুপানা নুপীদা করেম কথায়নবা লৈতে। নুপীবু হন্থনা য়েংবা, শুদৎপীবা লৈতে হায়না ডিলিগেট-শিংনা ফোংদোকলকই।

সমাজদা নুপীগী থাক ৱাংনা লৈ হায়বসিদি নুপীশিংনা পায়রিবা ফমশিং য়েংলগন্থু থরা মখৈদি থঙবা উমই। সিকিমগী বিধান সভাদা সিট ১৬ লৈবগী মনুংদা নুপী এম এল এ অনী য়াওই। আর্টস অমসুং কলচরগী সেক্রেটরী, জোইন্ট সেক্রেটরী নুপীনা ওইহৌই। এডুকেশন ডিপাটমেন্টকী ডিপুটি ডাইরেক্তর, হোম সেক্রেটরী, ওজাগী ট্রেনিং কোলেজগী প্রিনসিপাল নুপীনা ওইহৌই। অফিসতা, ফার্মদা, ফেক্তরীদা নুপা নুপী তত্থায় তত্থায় থবক পুমিন্নৈ। থবক থৌরম পাংথোকপদা নুপা নুপী তোথায় তান্নবগী মওং উরক্তে।

ভুটিয়া কাংলুপকী চৎনবী নুপীনা নুপা লোনবা হায়বসিগী মতাংদা মনিপুরগী ৱা নিংশিংলকই। ইতিহাসকী তাংকক অমদা সমাজ অমদা মীশিং য়ামহনবগী দরকার হেক হেক লাকপা থেংনৈ। মনিপুরদা নুপানা নুপী লোনবগী চৎনবী লৈখিবসি মনিপুরদা লাল থোক্কুনা নুপা অয়াম্বা লৈখিদ্রে অমসুং চহি তরেৎ খুন্তাকপগী ৱা ইতিহাসতগী থঙই। মীগী মশিং য়ামখৎ-নবগীদমক নিংথৌনা য়াথং পীতুনা নুপী লোনবগী চৎনবী হৌদোকখি হায়নৈ।

সিকিমগী ভুটিয়া কাংলুপকীদা মুপীনা মুপা লোনবা হায়বসি ইমুংচুগী মচিনমনাও মুপাশিংগী মুপী অমা লৈবা অসিনা লম্ভুম অতু য়েন্তোকদনা পুন্না লৈহন্নবগীদমক, সমাজগী য়াম্না ফবা চংনবী ওইরম্বনি। অতুবু মতমগী মতুংইন্না মুপীমা মুপা লোনবসু, মুপানা মুপী লোনবসু অকবা চংনবী ওইরক্তে, হায়দুনা ফংতবা চংনবাসি মুথৎনবা হোৎনরক্লিবসিনি।

নেপালীশিংনা হৌজিক সিকিমদা খ্বাইদগী মশিং য়াম্বা প্রজা ওইরে। নেপালীশিংগী কাংলুপতা অমুক রাই, লিম্বু, ছেত্রী, কামী, মাগর, তামাং, থাকুরী অমসুং গুরুং হায়না খায়দোকলি। নেপালীশিংসি য়াম্না নোম্বা কনবা, লৌউ শিংউবদা হৈশিংবা মী কাংলুপনি। মখোয়সি লেপচা অমসুং ভুটিয়াশিংনা থাথংবা সিকিমগী টেরাই লমদমদা থবক শুহন্নবা লোন্না পুশিল্লক-খিবনি। নিংথৌনা অদুম্না নেপালীশিংবু নমদুনা থবক শুহনবগী, খুন্দাহনবগী মওংদুদা অথিংবা পীখি। ভুংদা তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংদুনা মানা মানা পামজবা মফম খন্দুনা শেল তানবদা খুদোং চাবনি হায়না খনবা মফমদা খুন্দাদুনা লৈখিবনি। শা যন য়োকপদা হৈনজবা ভুটিয়াশিংনা যনজাবুং লৈবা য়াম্না ৱাংবা মফমদা লৈখি। লেপচাশিংনা মিঃ ১৮০০—২০০০ (ফুঃ ৫৯০০-৬৬০০) ফাওবা ৱাংবা মফমদা লৈবা হৌখি। তোঙান তোঙানবা কাংলুপ হায়বদি লেপচা, ভুটিয়া অমসুং নেপালী পুন্না অমগা অমগা চান্না-চিংনা শান্তি ওইবা মওংদা সিকিমদা লৈ। সিকিমগী চাওখৎপা পুরকপদা কাংলুপ খুদিংনা মানা মানা ওম্বা মওংদা অচৌবা খুদোল তন্নবা হোৎনৈ। কাংলুপ মশেল খৎন চৈনবা, ইরাং থোকপা, হাৎন শুনবগী খুদম অমতা ঐখোয়না চৎপা মতমদুদা সিকিমদা লৈহৌদে।

মমাংঙৈ মনিপুরদা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ট চলাইদ্রিঙৈদা মনিপুরদা শান্তি লৈরম্বা মওংদু নিংশিংহল্লি। অহিংদা ইমা ইবেলশিংনা অকি তুজুং য়াওদনা খুৎত্তা মৈরা অমতং পাইরগা কৈথেল কুমজকা ওম্বা

মতম, লম্বী চৎপদা সিফাইনা তেংগনা চেক তৌদ্রিঙৈ মতমদু মিংশিংবনা পুঙ্কিংদা মুংনাংবা, শান্তিবু খৌরাংবা পোকলকখি সিকিম ঊরুবদা।

কনযবেন্দকী অয়োইবা মুমিৎতা সিকিম সরকারনা ডিলিগেটশিংবু ময়ুর হোটেলদা ষ্টেট দীনর পী। ভীনর অদুদা লমতুগী কমনাইবা, কমনাইবী, লাইরিক ইবী, এড্রুকেসনিষ্ট, প্রোফেসরশিংসু য়াওই। মীশিংদু অমগা অমগা ৱারী শান্নৈ। খঙনিং খঙনিংবা হংনৈ। ৱারী শান্নবদা সন্টোষ নিবাষ হায়বী সিকিমগী থাগী চেকোং ঝোদয় নিউজ এণ্ড ভিউজগী ইডিটরদুনা হায়রকই- মহাক ইকুই কুইদনা মনিপুরদা লাকলনই। মনিপুরীশিংগী মীনুংশি, মীয়োক মীচান ফবা অদুবু থাগৎলকই।

হোটেল ময়ুরদু ফজে। ফাইভ ষ্টার হোটেলনি। অন্দর গ্রাউন্দা মথোল অহুম লৈ। লমকোইবশিংনা লাক্লগা লৈননবা ময়ুর হোটেলগুম্বা ফজনা থবক চথবা হোটেল য়াম্না লৈ। মনিং খরা পনবা তারবদা - হোটেল তাশি দেলেক, হোটেল নোর্কহিল, ব্লু শিপ রেষ্টুরেন্ট, রোংপু টুরিষ্ট সেন্টর, রোংপু স্নো লাইন, টিবেট হোটেল, মাউন্ট পন্দিম, পেমায়াংসে মনিং পনবা য়াই। সাউথ সিকিমদা য়ুথ হোষ্টেল লৈ। হোটেল কেটরীংদগী সিকিমদা আয় য়াম্না লাকই।

য়ু শুংবদগীসু সিকিমদা আয় য়াম্না লাকই। দীনর ছুমিৎতুদা ফি নাম্না শেংলবা, য়াম্না থকসি খাসি লৈবা, য়াম্না থিং খাং লাউবা নহা থরনা সেবারী ওই। ময়ামগী অরাৎ অপা য়েংশিল্লি। মথোয়না থকনিং থকনিংবা মীদা য়ু য়েল্লি, থকনিংবা মীদনা হৈ মহি। ঐগী নাক্তা ফম্বা অফিসার অদুনা ঐঙোন্দা হাই - "উইল ইয়ু মাইন্দ ইফ আই ড্রিংক ? মনিপুরদদি য়ু থকপা থিংলে হায় চুন্ন।"

ঐনা খল্লি মী মীতুগী ৱাখলনা অফ ফও বিচার তৌবা ঙম্লবদি প্রোহিবি- সনগী দরকার লৈক্তমাল্লে। ভাইন অমা লোইরবসু মীশিংদুনা লোম্না লোম্না য়ু থক্লবদি করিবু কান্নগবনো। দীনর অদু য়াম্না ষ্টেন্দ দলৈমা শিল্লিন

শা পাম্বা কাংবুগী শা থোংবা, ঙা থোংবা হৈনবগীনা ঙা, মনামশিং থোংবা, হৈ থোংবা, যন্ত্রোমগী মথেল খুদিং শুনা যাওই। টেবল মথক অতুদা মওং কাম্লদবা, ফজনা মপুম ওইনা থোংলবা য়ৌ অচৌবতু উবদা ঐনা থম্লকই-চীং মরক অসিদা কদায়দগী ঙানো লৌরুরিবসিবু।

সিকিমদি অৱাংবা চীংগী লমনিনা নোং মরাং কায়না তাবা লমনি। চীংদগী চেম্ত্ররকপা চীংজুমতু পাংক্কা চান্নবা ইরম শেমতুনা পুথরগা রিজাভরদা তুংশিল্লি। মতুদগী বিজুলি শুংতুনা ইলেকত্রিসিটি মরাং কায়না ফংই। ইথৈ লৌখোং শেমতুনা লবুক্তা ঈশিং পী, মহৈ মরোং ফংহল্লি। ঙা য়োকই। ষ্টেট অতুগী তোঙান তোঙানবা মফমদা ঙা য়োকপগী ফার্ম কয়া শেমগংল্লি। রোরাথাং, রাংপো লিংদোম হী গ্যাথাং, বারাপাথীং, গেঙটোক অমসুং সিররানীদা ঙাগী ফার্ম লৈ। সিকিমগী রোথাক ফিস ফার্মতু লুপা লাখ ২২.৩৫ চংনা মতমগা চুনগদবা মওংদা ঙা য়োকপগী খুদোংচাবা পীনবা শেমগৎ শাহৌই। অসিদা নত্তুনা মেমেদো হায়রিবা পাৎ অসিদগী অমসুং সিকিমগী টিষ্টা অমসুং রঙ্গিং তুরেন্দগীসু ঙা ফংই। ঐনা খল্লি সিকিমনা ইনাক খুল্লিবসিগী মরমদি মহৌশাগী খুদোলবু ফজনা শিজিন্নবনা ওইবা তাই।

লৌউ শিংউনবগী লম য়াম্না লৈজদবা চীংগী চীং ঙাক্তা লৈবা লমদমনি সিকিমদো। সিকিমগী লম পাক চাউবদি হেক্তর ১৬৫০ দনি। আসগী মনুংদা ৩৬.৩০% না উমংগী শরুক ন। লেমগৌরিবা লম থরতুদা বিজ্ঞানগী খুদোল শিজিন্নতুনা হার হাপতুনা, তিলহাং হিদাক চুম্না শিজিন্নতুনা, চাথোক ফবা মরু মরাং থাদ্‌না পোথোক য়াম্না থোকহল্লি। লৌরোক অনীরক অহুমলক লোরুবগী থৌরাং লৌখংলি। অতুনা লৌউবগী মায়কৈদা য়াম্না থুমাং চাওশিল্লি। সিকিমদা শেল মরাং কায়না ফংহনবা লৌউ-শিংউবগী পোথোকতি কমলা শেম, এলাইচি, আলু, শিং ন। অতৈ অতৈ মরুওইবা লৌউ-শিংউবদগী ফংবা পোংশিংনা ফৌ, বারলি, গেহু, চনাল অসনি।

## সিকিমগী কোরেঙ

উমংনা সিকিমদা অচৌবা খুদোল ওমুই। সিকিমগী উমংদা থৈবোং পাম্বী, কাজু পাম্বী, উচান পাম্বী মরাং কায়না হৌই। লৈ শাংপা পাম্বী ৪০০০ রোম লাইচাংখ্রং (fern) গী মখল ৩০০ লোন্, বা পাম্বীগী মখল ২৩ অমসুং রোদোদেনদ্রোন পাম্বীগী মখল ৪০ হেন্না সিকিমগী উমংদা ফংই। সিকিমগী উমংদা ফুট ৪০ ৱাংবা পাম্বীদগী ইঞ্চি ২ দং ৱাংবা পাম্বী ফাওবা হৌই। উমং অতুদা কস্তুরী চেনবা শজি, রেদ পান্দা লৈ। তাংলবা মখলগী শা Moschus moschiferous হায়বতু সিকিমগী উমংদা ফংই। অতুবু হাংতুন্না চাখোকশীমন্দুনা ধারতু মুংশিল্লক্কদৌরে হায়নৈ। মনিপুরগী শাঙাইসু অতু মঙায়। অতাংবা মখলগী শানি হায়না য়োকথংনবগী ধার মুংখিদনবগী ঙাংনরিবা, হুনরিবা ঐখোয়না তাম্লরি। কবো কৈ, বু শিপসু সিকিমগী উমংদা লৈ হায়।

মহৌশাগী খুদোল ওইনা উন্না কুপ্পা চীংদোল, ফজরবা কান্নরবা উ পাম্বী, শা উচেক সিকিমনা মরাং কায়না ফংজে। সিকিমগী ওমথৈ লানশিল্লক্পদগী মায়কৈ খুদিং ইশং শংই। মহৌশাগী পাম্বী, উরী উপাল, ৱাংল ৱাংলবা উপাল দেবদারু, উচাল পাম্বী মরক্তা খুৎশেমনা থাজিল্লবা লৈ শাংপা উরীশংনা রেংপতুদি অশংবা পোলোয়দা তম্ফা থিনবতু মঙায়! সিকিমগী প্রজানা মহৌশাগী খুদোলবু মাংহন্দনবা কন্না হোৎনৈ। মরম অতুনা ইকো-লোজিকেল বেলেন্স মাংহল্লকলে হায়না লম অতৈদা পাখৎনবতু সিকিমদদি লৈতে।

সিকিমদা লৈবা ঐগী মরুপ মিসিস আর, কে রাইনা ৱাৱী লিরকই। লম অসিদদি কনা অমতনা সরকারগী অয়াবা য়াওদনা ময়ুমগী ইংখোলদগী উ অমকাওবা য়ানবা য়াদে। মিসিস আর কে রাই মনিপুরদগীনি, মন্ত্রি পুত্রিদগীনি। মাগা ঐগা তম্ফাম্না গার্লস হাইস্কুলদা ক্লাস টেন ফাওবা

তম্মীনরকখিবনি। মহাক্কী মুপা আর কে রাইনা ডি এম কোলেজদা লেকচর ওইরমই। খৃঃ ১৯৭৫ দা সিকিমনা ভারততা তিনবা চহি অতুদা মখোয়না সিকিমদা থবক মফম হোংখিবনি। মতম কুইনগী মতুংদা লৈশাবী ওইরিবৈগী মরুপতু কনফরেন্স অতুগী মতেংনা উন্নবা ফংবতু য়াম্না নুংঙাইখি। কোনশিন্নতুনা হরাওবা ফোংদোকমিন্নৈ। কনফরেন্স লোইবা মতুং নোংমা কোনবতুদা মানা চাক্কৌতুনা মাগী ক্বার্টরদা চাক চামিন্নরকই। অথাপ্পা মফম অতুদা মৈত্তেলোননা ৱারী শামিন্নবা মরুপতুগা লোয়ননা গেঙটোক্কী মফম থরদা কোয়নিন্নরকপতু নুংঙাইবা মখল অমনি। মরুপতুগী মতেংনা সিকিমগী মরমদা থরগা হেন্না খঙজিন্নবগী খুদোংচাবসু ফংলকখি। ❋

## সিকিমদা স ইট সিইং

কনফরেন্স শিল্লি লাংলিবশিংনা ডিলিগেটশিংবু সাইট সিইংগী পুতুনা নোংমা চৎলি। ডাঃ শান্তি ছেত্রী. ডিপুটি ডাইরেক্তর এডুকেশননা ময়ামদা থিন্দুনা তাকই। মসিনা সিকিমগী সেক্রেটরিয়েটনি, মসিনা এসেমব্লী হোলনি অমসিনা এ আই আর নি ...........।

গোভর্নমেন্টকী কোটেজ ইন্দস্ত্রি ইনষ্টিটিউট, এনচি মোনেষ্টরী, রুমটেক মোনেষ্টরী, রিসর্চ ইনষ্টীটিউট অফ টিবেটোলোজী অসিনচিংবা থরা অসিদি থরা কুপ্না য়েংবগী খুদোংচাবা ফংলকখি। ★

## সিকিমগী কোটেজ ইন্দস্ত্রি

গোভর্নমেন্টকী কোটেজ ইন্দস্ত্রি ইনষ্টিটিউট, হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্রাফট সেণ্টরতু পুন্না লৈ। মফমতুদা সিকিমগী খুৎশা হৈবগী পোৎচৈ, পোথোক ফংই। মতুদা খুৎনা শাবা কারপেট, চোকসে কৌবা সিকিমগী টেবল,

খুৎনা চেংদগী শাবা চে, উ অমসুং ৱানা শাবা অকেবগী পোৎচৈ, উদা হক্লপা শেম্বা মাইখল, উপু, ড্রেগোন, লাইফদিবীনচিংবা থেন্দুনা লৈ। মহুদা লৈরিবা পোৎশিং অহু ইনষ্টিটিউট অহুদা ট্রেনিং তৌবা নহারোল মুপামচা নুপীমচাশিংনা শাবনি। নহারোলদা ট্রেনীং পীরগা মশানা মশাবু থবক পীজনবা, অমসুং সিকিমগী খুৎশা হৈবগী পোৎশিং শাহুনা য়োল্লগা লৈবাক্কী আয় লাক্নবা হায়হুনা সরকারনা খৃঃ ১৯৫৭তা কোটেজ ইন্দস্ট্রি ইনষ্টিটিউট অহু লিংখৎপনি। মহুদা পীবা ট্রেনীংদি কারপেট শাবা, থাংকা পেনটিং তৌবা, উদা হকহুনা ডিজাইন পুথোকপা, ফিরোল শাবা, তুবা, ৱাগী উগী পোৎ শাবা অসিনচিংবা অসিনি।

সিকিমগী কারপেট মমিং চৎলি। ভারতকী মফম অতৈদা অমসুং ভারতকী মপাল লমশিংদা সিকিমগী কারপেট য়াম্না পাম্মে। কারপেট য়োনবদগী সিকিমদা আয় য়াম্না লাকই। ফোরেন একচেঞ্জসু য়াম্না ফংই। কারপেট শাবসি খুৎ য়াম্না চংবা খুৎশা হৈবগী পোৎনি। মসি য়াওগী মতুদগী শাবনি। সিকিমগী উমংদা হোৌবা পাম্বী মখল খরদগী মচু শুংলগা য়াও মতুহু শংলগা খুৎনা লোন্দুনা তোঙান তোঙান সাইজ, দিজাইনদা পুথোকই। মচু শুংবা পাম্বী, সিকিমগী উমংদা ফংবা খরদি **Rubia cordisfolia, Symplocos spcies, Nepalinis, Juglans regia** অসিনচিংবা অসিনি। পাম্বীদগী শুংবা নত্তবা কেমিকেলগী মচু খরা শিজিন্নহুনা শাবা কারপেটসু লৈ।

থাংকা হায়বসি মচু অরংবা মখল কয়ানা পাক শন্না চেদা য়েকপা মুর্ত্তিনি। মসি চুম্নগী লৈতেংগী ওইনা ফজনবা য়েকপা নত্তে। মসিদি য়াম্না শক্তি লৈবা তান্ত্রিকী ধ্যান তৌবদা পুক্নিং লাকশিনবদা মতেং ওইনবা মিৎকী মীৎকম থম্নবা য়েকপা কলা বিদ্যাগী মমিং লৈবা লাই খুয়েক মুর্ত্তিনি। ডিলিগেটশিংনা মানা মানা পাম্বা পোৎ লৈনৈ মফম অহুদগী। ঐসু উদা হকপা ড্রেগোন অমগা সিকিম নুপীগী ফি শেৎপা লাইফদিবী অমগা লৈরকই।

মচিনা শাবা দ্রেগোনশিং মমায় ওনশিন্নহনা জুন্না জুন্না সিক্কিমগী যুম, অফিসনং চিংবদা য়াম্না থেৎপা উই। মসি চুম্নগী খুৎশা হৈবগী পোৎ লৈতেং ওইনা যকল্লাংদা পাংথেৎ থেৎচিনবা নত্তে। দ্রেগোনসি ধর্মগী মায়কৈদগীসু য়াম্না অর্থ লৈবা অমনি। দ্রেগোনগী মতাংদা মনিপুরগা সিক্কিমগা মরী থরা লৈনরগদগুন খল্লি। মনিপুরগী পাখংবগী ময়েক্কা দ্রেগোনগা হায়রেং মান্নে। পাখংবদি মৈতৈনা লাই ওইনা লাংনরিবনি। হিয়াং হিরেন্দা লেৎপা চীংলায়সু দ্রেগোন মথেল অমনি। সিক্কিমগী সংস্কৃতিগা মনিপরগী সংস্কৃতিগা মান্নবা, মরী লৈনবগী খুদম অমনি হায়না লৌই। কবনা লনদম অমগী সংস্কৃতি মশক থডবা তারবদি যুমল্লোন্নবা লৈবাক্কী সংস্কৃতি খডভিন্দা তাবনি। সিকিম, আসাম, বর্মা, মনিপুরনচিংবা অরাং লোৎপোক লমদা লৈরিবা মীশিং অসি মাঙ্গো-লোইভ কাংলুপনি। শকতা মান্নরিবসি হৌবকফম পারী পুরা তিন্নবনি। শকচুদগী বা নত্তে চংনলোল সংস্কৃতিদা মান্নবগী মচাক য়াম্না লৈ।

লিন পুজা তৌবগী চংনবী অসি আসামদা অহানবা খুন্দাবা মোন অমসুং খেমর কাংলুপসু লৈ। ব্রহ্মদেশকী খেমরশিংগীদি লিননা মখোয়গী ইফে বা সিম্বল ওই। মনিপুরগী মৈতৈশিংগীসু পাখংবনা ভশেংবা শিম্বল ওই। ফিরালদা পাখংবা য়েকই। হিন্দু ধর্ম লাকলবা তুংদা পাখংবগা বিষ্ণুগা অমত্তনি হায়না নিংনরকই। রাধা কৃষ্ণ নিংবা মৈতৈনা পাখংবা শকমই। পাখংবা খয়োম লাকপদা ফম কাবা কাদবগী খুদম লৈ হায়না খাডনবা মৈতৈগী লৈোর। সিকমগী দ্রেগোন, মনিপুরগী চীংল্লাই, পাখংবা অসিগী মতাংদা হেন্না কুপ্পা থিজিনবা চংই। নিংশিং খুদং ওইনা উনা হক্কুনা শাবা লৈতেং পোং ওইরবা দ্রেগোন্দু ঐনা লৈরকথিবনি।

লাইফদিবী অতুসু ইচম চম্না হেক্তা লৈরকপা নত্তে। হায়নবা লৈ-মুপীগী ফিজেৎনা লম অমগী মশক তাকই। মসি অচুম্বনি। মুপাশিংনা শেৎপা ফিদ লম অমগা অমগা ইমান মন্নে। হায়বদি খোংগ্রাও অমসুং

ফুরিং, অতুগা নুপীশিংনদি লম লমচুগী নাৎকী ওইবা ফিজেৎ শেল্লি। ফিজেৎ অতুনা নুপীতু করি লমগীনো হায়বা খঙহল্লি। মতুমক চুমই হায়নিংই।

ইষ্টর্ন জোনেল উইমেনস রাইটরস মীট য়াওবা চৎপদা ষ্টেট অতৈগী নুপী ডিলিগেটশিংদু নোংমা রাৎলিত্তৈদা সিলিগুরীগী সিকিম ট্রান্সপোর্ট অফিসতা পুন্না উন্নরগা মফম অতুদগী বস অমদা পুন্না গেঙটোক ফাওবা চৎমিন্নে। ঐখু অহানবা উবমক্তদা মাদ্রাজদগী অবজার্ভর ওইনা লাকখিবী সিবশঙ্করীনা ঐঙোন্দা হংই - "আর ইয়ু এ সরদারনী" ? ঐনা খুমই - "য়েস তুদে আই এম এ সরদারনী ! তু মোরো ইয়ু উইল ফাইন্দ মী এ মানিপুরী"।

লংফৈ চৎপদা ফনেক শেৎপসি খুদোংচাদবা কয়া থেংনৈ। পোৎ থাংদোক থাংজিন তৌবা, ট্রেন হরাগাড়ীনচিংবা কাথোক কাশিন তৌবদা পঞ্জাবী নুপীনা শেৎনবা শালরার কুর্টানা থরা খুদোংচাবা হেল্লি হায়তুনা ঐনা শালরার শেৎলগা চৎপনি। ঐগী শক্তা অতুনা ফিজেৎতু শেৎপতুদা সরদারনীরা হংলকপগী রাদনি। ★

## মনিপুরগী হেন্দলুমগী পোৎ

কনফরেন্স লুপিৎতুদা ঐগা মনিপুরদগী শরুক য়ামিন্নবা স্নুবদনী দেবীগা ফনেক মপাল নাইবা শেৎ, মোইরাংফি ইন্দুনা চৎপতুদদি ময়ামনা য়েংনৈ, হংই - কদায়দগীনো ? নখোয়না ইল্লিবা ফিতু পৈশা কয়া পী ? ঐখোয়দা থাবীরকপা য়ারোইদ্রা ? রাহং কয়ানি। তাঙ্গা ফংবতুদা মনিপুরগী খুৎশা হৈবা, ফিশা লোনশা অমসুং কলা সংস্কৃতিগী লমদা নুপীশিংনা তমলিবা খুদোল অমসুং লৌরিবা থৌদাংগী মরমদা ময়ামদা থরা খঙহনবা ভয়ম্বদা স্নুংঙাইবা পোকই। অমরোমদা অমুকসু হৌজিক ফাওবা মনিপুর অমসুং মনিপুরগী নুপীগী ফিজোল করিনো খঙদবা ভারতকী অতৈ লমদা মী য়াম্না

লৈরিক্কো খল্লুবদা মুংঙাইতবা পোকই। মনিপুরগী হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্র্যাফ-টকী পোৎচৈ, ফিরোল্লনচিংবা অসি মপালগী লমশিংদা মরাং কায়না থাদোক্লবদি মনিপুরদা আয় য়াম্না লাকপগা লোয়ননা মনিপুরবু হেন্না হেন্না মশক তাকপা ঙমগদবনিকো খল্লকই। মনিপুরগী নুপীশিংনা শাবা মোইরাংফি লমথাং খুৎহৎ হাপ্পা ইনফিনচিংবসি মপাল লমগী মীনা য়াম্না পাম্নৈ, মরাং কায়না পুথোক্তুনা য়োনবদি ঙমদে। মসিগী মতাংদা নিংশিংলকপা অমা লৈ। খৃঃ ১৯৭৫ দনি। দিল্লীগী বিজ্ঞান ভাবন্দা নুপী ইন্টরপ্রেনরশিংগী কনফরেন্স অমুদা ঐসু মনিপুরদগী নুপী অহুম অমগা শরুক য়ানিম্লরুই। কনফরেন্স য়াওনবা চৎপদা এরোপ্লেননা কলিকাতাগী দম দম এরোড্রোমদা পুং ১০ দা থুংই। মুনিদাং পুং ৮ দগী এয়ার বসনা কলিকাতাদগী অমুক দিল্লী য়ৌগদবনি। এয়ারপোর্ট অদুদা পুং ১০ রোমদু লৈবা তাখি। মতমদুদা এয়ারপোর্ট অদুমক্তদা মনিপুর হেন্দলুমগী স্তোল অমা লৈরমই। থংনবা অদুদনা আসাম হেন্দলুমগী স্তোল অমা। আসামগী স্তোল অদুদা পোৎ লৈবা চংলকপা মীনা কুক কুক ইন্নৈ। মনিপুরগী স্তোল অদুদি ইহাং হাংই। লাইফদিবী অমনবা তাম অনীগা, ফক অথাবা তৎলবা খরগা নত্তুনা পোৎ অৈত লৈতে। মদু শংনবগী মী অনীথককা চৌকীদার অমগা তলব পীতুনা লৈরমই। মখোয়দু মনিপুরদগী নত্তে। মখোয়দা ঙাংনতুনা ঐখোয় মরী এরোপ্লেন লাকপা ঙাইখি স্তোলদুদা। ফন কান্নখি ঐখোয়দা। স্তোলদু হাঙবগী মরমদি মনিপুরদগী পোৎ থারক্তবননি। মতিকচানা পোথোক পুথোকতুনা মপাল লনদা ফজৈ, মীনা পাম্নৈ হায়রিবা মনিপুরগী হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্র্যাফটকী পোৎ মরাং কায়না য়োনবা ঙমদে। হৌজিক্তি স্তোলদু লৈখিদ্রে।

উইমেন্স ইন্টরপ্রেনরস কনলরেন্সকী শরুক অমা ওইনা য়াওরিবা ডিলিগেটশিংগী মাগী মাগী লমগী খুৎশা হৈবা উদ্যোগকী মেলা অমা উৎলি। মনিপুরগী ডিলিগেট ঐখোয়না দিল্লীগী বাবা খরগসিং মার্গতা লৈবা পান্থোইবী

হাউসন্তগী মনিপুরগী হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্র্যাফটকী পোৎচৈ খরা ৱাইদুনা মেলাতুদা শরুক য়াই। ভারতকী ৱাংমদগী ল্যাকপা ডিলিগেটশিং ফাওবনা ঐখোয়গী স্তোলগী পোৎচৈশিংদু য়াম্না পামই। উৎপগী ৱাদনি য়েন্নিঙায় পোৎতি অমতা য়াওদে।

মপাল লৈবাক্তা য়াম্না পাম্নিবদি মনিপুরগী অরোনবা ফক, ফিরুক, লমথাং খুৎহৎ ফিনচিংবা অসি মরাং কায়না পুথোকলবদি থবক ফংদবগী সমস্যা খরদংদসু কোকহনবা ঙমগদবনি। লং নিংথিন্নুংঙাইনা ফংদবনে, মারকেটংগী খুদোং চাদবনে ফিশাবীশিংনা শেন্দোং নিংথি নুংঙায়না ফংবা ঙনদে। অদুনা ফিশাবগী অহুন্তা অতৈ থবক তৌনবা হোৎনখিবনা মনিপুরগী হেন্দলুমগী পোখোক হুম্হনবগী মরম অমা ওইহল্লকই। *

## সিকিমগী হেন্দিক্র্যাফট

গেঙটোক্কী হেন্দলুম অমসু হেন্দিক্র্যাফট সেন্টবদগী লৈরকপা লাইযদিবীদু ফিনা শাবনি। সিকিমগী নুপী (লেপচা কাংবুগী) শিংনা শেৎপা ফিজোল শেংলি। ফিজোলদু বুক্কা হায়না খঙনৈ। খুদাং লাওবা অমসুং পাম্বোম চোনবা ফুরিংকী মথক্তা খুজেং য়েৌনা চোনবা সেমীজ অমা লিংলি। মৌ ওইরগনা মরী মরী লাংবা এপ্রোন অমা খ্যাংদা লাকই।

হেন্দিক্র্যাফট সেন্টরদগী ডিলিগেটশিংদু অমুক বসতা কাখৎলে। ঈশৈ শক্লা শক্লা ময়ামদু হরাওনা চৎলি সিকিমগী উরৈ য়োকফম (orchid sanctuary) দা। মফম অদুদা সিকিমদা ফংবা উরৈ মখল ২০০ য়েক্তুনা থমই। উরৈ মখল খরদি ওন্থোকনা ফজে। ডিলিগেটশিং ঐখোয় উরৈ য়োকফমগী লম্পাকতুদা ঙহাক ফমদুনা পোথায়। মশাগী কেমেরা য়াওরকপ-শিংদু লৌথোক্তুনা ফোটো লৌনৈ। অমনা অমদা ফোটো থাররুবা হায়নৈ।

মনিপুরদস্মু উরৈ য়াম্না ফংই। মখল ৫০০ রোমনি। উদা মপতুনা হৌবা মনিপুরগী উরৈ অয়াম্বদি ইতাক তাকশিল্লকলে। ফোইদং ফোইদংতুনা লম্নাই গমল্লাদা থরা থানৈ। থরনা য়োম্লোকনৈ। থোংহামপাংতা লৈরিবা মনিপুরগী উরৈ য়োকফম অসি থরা হেন্না মওং তানা থরায় য়াওনা সরকারনা শেমগৎপীবদা মনিপুরগী মায় ডাকগনি। ❋

## সিকিমগী ওরকিদ সেঙ্কচুরারী

সিক্কিমগী ওরকিদ সেঙ্কচুরারীদগী পথাপ থাংনা টিবেটোলোজী ইনষ্টিটিউট লৈরে। ইনষ্টিটিউট অসি বুদ্ধিষ্টকী ফিলোসোফি অমসুং ধর্মগী মরমদা রিসার্চ তৌফমনি। মফম অসিদা পৃথীবীগী মফম কয়াদগী স্কোলারশিং লাক্নুনা রিসার্চ তৌরৈ। মফম অসিদা মমল্লু তাংলুবা লাইরিক লিশিং ৩০ রোম লৈ। মসিগী মনুংদা তান্ত্রিকফকী চেচাং, হু চেনবা উগী উকুদা সনাগী কালিনা ইবা লাইরিকশিং, মতম শাংনা লীতুনা থম্লবা থাংকা অমসুং অতৈ চেদা য়েকপা মুর্তি ২০০ রোম লৈ। ইনষ্টিটিউট অসি পৃথীবী শিন্নুংনা মমিং চৎলি।

গেঙটোক্কী কনফরেন্সতা য়াওবা চৎপদা ফংলকপা য়াম্না কান্নবা ঐহাক্কী বুদ্ধি লৌশিং ওইবা অমদি সিকিমদা চৎনরিবা বুদ্ধধর্ম্ম অমসুং মোনেষ্টরীশিংগী মরমদনি। সাইট সিইংগী প্রোগ্রামদা মোনেষ্টরী থরদা চংহুনা য়েংবগী খুদোংচাবহু ফংলকখি। ★

এমটি মোনেষ্ট্রীদি ডিলিগেটশিংনা লৈবা সিনিওলচু লোজগা নকনা অতুম লৈরে। বুদ্ধ ধর্মগী লাইনিংফমচু অড়াংবা চীংথক্তা লৈবনি। লাইনিংফমচু য়োৌবগী লম্বী নাক য়েৎতা মচু মচুগী ফিরাল ময়াম লং তিংচুনা থেংলি। ফিরালশিং অচু চুম্না ফজনবা থেংপা নত্তে। বুদ্ধদেবগী পাউতাকশিং ছাপা নম্নবা ফিরালনি। ফিরালগী মচুচু মথল মথলনি - অঙৌবা, অঙাংবা, হঙামমপাল। অমনবা, থেংপা কুইরবা. অমম্থুং অনৌবা অহনবা ফিরাল য়াম্না যামই। থবা হেন্না চাউবা রাদা পুনশিল্লগা রাংনা থেংপা ফিরালসু য়াওই। মচু পূয়মকচু লৈতেংগী, দেকোরেসনগীদমক ওইরবোই নিংলুবনি। মচুদি নংলমদে। বুদ্ধ ধর্ম চৎপা ইমুংগী মীনা ইমুং মনুংগী, মচা মশুগী মঙ্গলগী শান্তিগীদমক ফিরালশিং অচু লাইশংদা য়ুংনবা ওইরমলে। থরা হেন্না চাউবা ফিরালচুনা ইমুংগী মী শিবদা কৎপা ছত্রনি। মচু থা ৬ মুক্তি নোংজু মুংশাদা অতুম মফমচুদা লৈ।

ফিরাল ময়ামচু উরবদা পুরীগী জগনাথ মন্দির মনাক্তা হৌবা কল্প বৃক্ষ হায়বা খোংনাং পাম্বীচু থঙমিং নিংশিংলকখি। খোংনাং পাম্বীচুগী মশাদা পুন্নিবা ফংশিংচু কয়া য়ামগ্রবা! যাত্রিকশিংনা অমমম অনীনী থেংনাদুনা উম্পাশিংচু পুময়োম যোমলিবা! পান্দাশিংনা হায় - লং অমমম লৈরগা মন্ত্র শোন্দুনা খোংনাং পাম্বীগী মশাদা কিরবদি মচাগী মঙ্গল ওইবা অনিংবা থুংনবা ওই। মচাগী য়াইফবা পামলোইদবা মপা মমা কনা লৈরমগদগে? এয়ে লং অমা লৈচুনা খোংনাং মশাচুদা কিরনই ইচা অনীগী য়াইফবা নিচুনা। তোডান তোডানবা ধর্মগী তোডান তোডানবা থাজনবী চৎনবী কয়ানি ভারত অসিদা লৈরিবা।

মোনেষ্টরী মনুংদা চংশিনবদা উরে ভগবান বুদ্ধগী চাওরবা পিথ্রায়গী মুর্ত্তিদো। ভগবান বিষ্ণুগী অবতার তরাগী মনুংদা ভগবান বুদ্ধনা মাপলশুবা

অৱতাৰমি হায়তুনা খুমিং খুদিং ঐনা সন্ধাদা দশৱতাৰ শোঙ্গে ঃ

নিন্দসি যজ্ঞাবিধেৰহহ শ্ৰুতি জাতং
সদয় হৃদয় দর্শিত পশুঘাতং
কেশব ধৃত বুদ্ধ শৰীর জয় জগদীশ হৰে।

( যজ্ঞদা শা হাৎপা বেদ ধৰ্ম্মবু নিন্দা তৌবা,
থম্মোয় য়াম্না থোৎপা, থৌজালগী মশক ওইবা
কেশব নংনা বুদ্ধ শকফম লৌবা
য়াইফবিয়ু জগৎ মপু।)

মসিমক পুক্লিংদা নিংশিংদুনা ভগবান বুদ্ধগী মুত্তিদুদা খুরু খুদক কুন্দুনা ঐনা খুরুমজে। মোনেষ্টৰীগী নাকল অনীদা পীকতক তৌবা বুদ্ধদেবগী মুত্তি অনীসু লৈ। লাইমাং অদুদা লামা অনীনা লাইরিক যাব্লগা মন্ত্ৰ থীদুনা লৈরমই। খুৎ ওইনা শরীক খিঙই। খুৎ য়েংনা ভচৌবা চামচ অমা পায়। চামচতুনা ধুপ অদু মৈ কথীদা হাপতুনা কৎলি। থীগী থাউমৈ থাল্লি। কৎলিবা ধুপ অদু মচু ঙাংই। মদু সিকিমগী উমংদা ফংবা মনম নুংশিবা উনা অমসুং উশা অকংবদগী শেম্বনি হায়। লাই খুরুম্বা মী অমা অনী অদুম লাকই। মথোয়না অগৰবতী, মোম্বতি পুৰক্তুনা বৎলি। থাদা কৎলৈ। ঐনা বেগতগী লুপা অনী চৎপী অমতং লৌথোকতুনা কৎলকই।

রুমটেক মোনেষ্টৰীদদি ভগবান বুদ্ধগী তোঙান তোঙানবা মুর্ত্তি লৈ। ঐনা উখিবা বুদ্ধগী মুৰ্ত্তিদি ধ্যান তৌদুনা লৈবা, অমিতাভা - (ঙমখৈ লৈতবা মৈরা) অসি ঙাক্তনি। অহানবা ওইনা মখুংতা থাং পাইবা, মমীং লাওথোকপা, অতোপ্পা খুৎনা লাইরিক অমা পায়বা বুদ্ধগী মুর্ত্তিদু উবদা করিনো জ্ঞান তাদে। মদু মঞ্জুশ্ৰী হায়বা বুদ্ধগী মূৰ্ত্তিনি। থাং অদুনা থঙহল্লিবনা অরানববু থিনগায়দুনা মাংহনবা, লাইরিক অদুনা অধ্যাত্মিকী মপুঙফাবা অসিনি হায়।

বুদ্ধগী অতৈ অতৈ মুত্তি রত্ন সম্ভাবা, অক্ষ্যোভা, অমীতাভা, অমোঘ্যাসিদ্ধি অমসুং ভৈরোচনাসু রুমটেক মোনেষ্টরীদা লৈ। বুদ্ধগী মুত্তিশিংদুগা লোয়ননা তারাগী মুত্তিশিং লাংলি। তারা হায়বসি শক্তি য়াম্না লৈবী, কুচু শংবান্নবী, লিককোল লৈতেং য়াম্না থোনবী থম্মালদা খুদা ওইবী দুর্গাগুম্বী লাইরেম্বীনি।

মহাকালীগী মুত্তিদুদি হিন্দুগী লাই শিবগা মান্নবনি। মহাশক্তি সংসারবু মাংহন তাকহনবা ঙম্বা, মতমবু খুত্তুম চনবা ঙম্বা, জগৎ শুমহৎঙম্বা জগোয় শাবা লাইনি। সনানা য়োম্না পিথ্রায়না শাবা ইউনিষা বিজয়াগী মুত্তিসু লৈ। মুত্তিশিং অসিদসু নত্তনা লাইখুরুম্বা পূজাদা শিজিন্নবা মপোৎ মচৈ, অরিবা মতমদগী লৈরক্লবা থাগনগী পোৎচৈ কয়া অমসু রুমটেক মোনেষ্টরীদা থোনজিন্দুনা থমই।

নোংমা নিনিদা সিকিমদা লৈরিবা মোনেষ্টরী, লাইশং, মন্দির লোইনা য়েংবা লোইবা নত্তে মরমদি সিক্কিমদা মোনেষ্টরী ৭১, লাখাং ১৮৭, মন্দির ১৭১, চর্চ্চ ৩১, মোস্ক ৫, গুরুদ্বারা ১, বোনগুম্ফা অমা অমসুং সত্য সাইবাবাগী মন্দির অমা লৈ। তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংবু চপমান্ননা খুদোংচাবা পীনবা হায়দুনা ডিপার্টমেন্ট অমা লৈ। মসি সিকিমগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমনি, পাকচাউরবা ভারততা তিনজরবসু। ময়ামনা খঙনরি মদুদি ভারতসি সিকুলার লৈবাকনি। সিকুলারিজম ঙাক্নবনি হায়দুনা সরকারনা ধর্ম্মগী মায়কৈদা খুং থিংজিন্দবা হায়বা পোলিসি অসি চত্থরবনি। তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংনা মানা মানা পাম্বা মওংদা চত্থরকপদগী ভারতকী ষ্টেট কয়াদা ইরাং থোকপা ঐখোয়না তেংনরি। অদুবু সিকিমদদি সরকারগী ওইনা লৈবা ধর্ম্মগী লমদা য়েংশিন্নবা ডিপার্টমেন্ট অদুনা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগী লাইনিংফমবু তেকত কায়দনা থম্নবা অমসুং দরকার লৈবা হিরমদা শিজিন্ননবা ধর্ম্মগী সংস্থানশিংনা শেন্তুং পীথৈ।

সিকিম সরকারনা হৌখিবা চহি ১২ রোমসিদা ধর্ম্মগী সংস্থান ৫০০ রোম লাইনিংফমগী অতেক অকায় শেমজিন শাজিন তৌনবা লুপা ১, ১৬, ৩২, ৯৬০ কায়থোকখিবগী রেকোর্দ থেংনৈ। ধর্ম্ম য়েংশিনবগী ডিপার্টমেন্ট অদুনা বুদ্ধিষ্টশিংগী তমফমশংসু চলাইবগী থৌদাংসু লৌই। অদুগা লোয়না লোয়নন থাংকা পেন্টিং অমসুং লৈবাক্লা মুত্তি শাবা তম্নবা আর্ট স্কুলসু লিংখৎলি। মোনেষ্টরী ৩৮ দা মোনেষ্টিক স্কুল লিংদুনা হায়নদগী লৈরক্কবা খুৎশা হৈবগী ট্রেনীং পী। স্কুলশিং অদু ইক্লেসিয়েষ্টিকেল ডিপার্টমেন্টনা শেল পুথোকতুনা চত্থবনি। স্কুলশিং অসিদগী থোরকপা ছাত্রশিংনা নশানা মশাবু থবক পীজরগী খুদোংচাবা ফংই।

মতৌ অসুম্না সিকিম সমাজদা ধর্ম্মবু নিংথিনা য়োকখৎতুনা ধর্ম্মগী মায়কৈদা লমচৎ শেম্নগী মায়কৈদা সরকারনা য়াম্না চাউবা খুদোল তনই। মরুওইনা বুদ্ধিষ্টকী মোনেষ্টরী কয়ানা চহি কুইনদগী লৈরক্কুনসু তক তমাননা শেনদুনা অয়েংবা কয়াগী পুক্রিং চিংশিনবা ওন্নিবসি সরকারনা য়েংশিনবদগীনি। ❋

## সিকিমগী বুদ্ধ ধর্ম্ম

সিকিমদা লৈরিবা বুদ্ধ ধর্ম্ম অসিগী মতাংদা খরদংগা কুম্না খঙনিংবা পোকখি মরমদি বুদ্ধ ধর্ম্ম অসি ভারততগী হৌখিবনি। কপিলাবস্তুদা পোকপা গৌতম বুদ্ধনা হৌদোকপা ধর্ম্মনি। হিন্দু ধর্ম্মগা বুদ্ধ ধর্ম্মগা মান্নবা য়াম্না লৈ। বুদ্ধ ধর্ম্মনা অহিংসাদা য়াম্না হেন্না থাজবনা বেদগী মতুংইন্না যজ্ঞ তৌদুনা জীবনা পুর্নাহুতি পীদুনা পুজা তৌবসি য়াদবনি। বুদ্ধ ধর্ম্মনা হকচিন্না মরুওইরিবদি অহিংসাগা লোয়নন অথাংকনবা, জীব খুদিংবু ইকায় খুম্নবা শা উচেক অমসুং মহৌশাবু নুংশিবা অসিনি।

বুদ্ধ ধর্ম্মগী প্রেয়ার হুইলদা ইতুনা লৈবা বুদ্ধ ধর্ম্মগী পাউতাকশিংদি (১) অচুম্বা রাখল খনবা (২) অচুম্বা থবক তৌবা (৩) অচুম্বা রা ঙাংবা

(৪) অচুম্বা লমচং চংপা (৫) অচুম্বা উপায় শিজিন্নহুনা হিংবগী পাম্বৈ থিবা (৬) অচুম্বা মওংদা নোঙবা (৭) অচুম্বদা পুক্নিং য়ুংনা চংশিনবা (৮) পুক্নিংসি অচুম্বতনা থল্লহনবা (Right mindfulness)।

বুদ্ধ ধর্ম্ম অসিমক্তদসু কাংলুপ অনী থোকনি। অমনা হিনায়ানা কাংলুপনি। অতোপ্পা অমহুনা মহায়ানা কাংলুপ হায়না খঙনৈ। হিনায়ানা কাংলুপনা মশা মশাগী অরানখ্রুবম ফংলগা ময়ামদা মহুনা খুদম ওইনা উৎপনি। অদুগা মহায়ানা কাংলুপনদি মীয়াম পুন্না অরান খুভম ফংবা অসিনি।

সিকিমদা চংনরিবা বুদ্ধ ধর্ম্ম অসিদি ভারত তগী লাকপা নত্তে। ভৌবুদ্ধি গৌতম বুদ্ধগী নতুং চহি ৩০০ লোম লৈরগা বুদ্ধ ধর্ম্মসি ভারত শিন্দুংনা শ লাকখিরা শ্রীলংকা য়ৌখি। শ্রীলংকাদগী বর্ম্মা, জাপানদা মথং মথং শন্দোকখিবনি। তরেংশুবা সতাব্দীদা জাপানগী নিংথৌমচা অমনা বুদ্ধ ধর্ম্ম লৌদুনা ধর্ম্মসিবু মাগী লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইহনখিবনি। অদুগা নিপালশুবা সতাব্দীদা বুদ্ধ ধর্ম্মগী লাইনিংবা পদ্মসম্ভাবনা টিবেত তা বুদ্ধ ধর্ম্মসি শন্দোকলুবনি। অদুন ধর্ম্ম অসিদা মহাক্না ভং প্রেত যাদুগী মচাক য়াওবা, তান্ত্রিক্কী রাখল্লোন, লাইনিংলোন কবা হাপচিন্দুনা বুদ্ধ ধর্ম্ম মওং অমা হৌদোকলুই। মসিনা বুদ্ধ ধর্ম্ম মখলসিনি সিকিমদা চংনরিবসি।

সিকিমদা চংনরিবা বুদ্ধ ধর্ম্মসিদি মহায়ানা কাংলুপকী পাউতাক হায়বদি অদা অমা অসিদগী লাম্থোকহুনা মুক্তি ফংবা অসিগা লেয়ননা তান্ত্রিক্কী রাখল্লোন নিশ রক্ষাগুগা মীগা খেন্নবা লৈতবা হায়বা রাখল্লোন অনীসি তিন্নরগা ওইনা মওংনী। লাইয়ান লাংপগী, শক্তিগী লাইরেম্বী লাংপগী, থাম ভৌবগী নিতৌ নিয়মনচিংবসি সিকিমদা চংনরিবা বুদ্ধ ধর্ম্মদা উবা ফংই। পোং খুদিংদা থাগোন্নহুনা লৈবা, অমনা অনী থোকপগী নিয়মহুনুপা নুপী ওইনা উৎথোকহুনা খঙহল্লি। বুদ্ধগী মুত্তিমকতসু অঙংবা শক্তম উৎপা, অকিবগী শক্তম উত্থোকপা লৈ। মসিনা খঙহল্লিবদি মী অদুনা লাই

অতুনা অতপ্পা শক্তম উৎপত্সু য়াই অতুগা য়েক্নবা লান্ন্থেংনবা ওয়বা অকিবগী শক্তম লৌবস্থু য়াই হায়বসিনি। সিকিমগী বুদ্ধ ধর্ম্মসিদা মন্ত্র, মুদ্রা অমসুং অর্থ লৈরবা খুদম, শাথেক কয়াবু য়াম্না হকচিন্না লুনা লৌই। রুমটেক মোনেষ্টরীগী ফকলাংদা, কনফরেন্স তৌফম গেঙটোক্কী কম্যুনিটি হোলগী ফকলাংতুদা অঙাংবা মচুনা মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং য়াম্না য়েক্তুনা লৈবদু উবা ফংলকই।

ইতিহাসকী মতুংইন্নদি বুদ্ধ ধর্ম্মসি সিকিমদা নিংথৌ **Phuntsog Namgyal** না প্রজাশিংদা ননদুনা চংহনখিবনি হায়। ফুনসোগ নামগ্যালসি সিকিমগী ইহান হানবা নিংথৌনি। মহাক্না সিকিমবু চাওখৎনবা হোৎনরম্বা নিংথৌ ওইরম্বতা নত্তনা বুদ্ধ ধর্ম্মদা য়েৌনা থাজবা মীওই ওইরমই। মহাক্না সিকিমদা বুদ্ধ ধর্ম্মগী মোনেষ্টরী কয়ামকম শাহল্লমই।

লেপচাশিংনা ১৭ শুবা সতাব্দীদা বুদ্ধ ধর্ম্ম লৌনখি। লেপচাশিংদি মখোয়গী মশাগী ধর্ম্ম লৈজবনি। নিংথৌনা মখোয়দা ননদুনা বুদ্ধ ধর্ম্ম চংহনখিবনি। নৌনা লৌহনবা ধর্ম্মগা লোয়ননা লেপচাশিংনা মখোয়গী হান্নগী চংনরদা ধর্ম্মঁসু লোয়ননা অতুম চংনৈ। লেপচাশিংগী জগোয়দা ভূৎ প্রেত তাম্মোকপগী মওং উৎপদু মখোয়গী হান্নগী ধর্ম্মদা থাজবা মতৌদুনি। ভুটিয়াশিংসু বুদ্ধ ধর্ম্ম চংলি। মখোয়গী মী পোকপা, শিবা, লুহোংবানচিংবা থৌরমশিংদা বুদ্ধ ধর্ম্মগী লামাশিংনা পাংথোকই। ভুটিয়াশিংনা মখোয়গী ইমুংগী অনীশুবা মচানুপা অদু লামা ওইহন্নবা পীকলিডৈদগী মোনেষ্টরীদা মহৈ তমহল্লি। নেপালীগী মনুংদা বুদ্ধ ধর্ম্ম চংপসু য়াওই। অতুম ওইনমক অয়াম্বনা হিন্দু ধর্ম্ম চংলি।

নেপালীনা চংপা হিন্দু ধর্ম্মদদি তান্ত্রিক ধর্ম্মগী লাইরেম্বী পুজা তৌবা, বলি তৌবা, ঈ কৎপা যাদু মন্ত্রনচিংবা য়াওই। মখোয়গী সমাজদা ঝাক্রশিংনা আজা পুজা তৌদুনা ভূৎ প্রেত তাম্মোকপগী থবক তৌই।

ইমুংগী অনা অয়েক থোকপদা অন্না অনা তারকপদা ঝাকুশিংনা ঈশৈ শক্তুতা জগোয় শাহ্নুনা ল্মাই ফাওবা তাম্মোকপা চৎনৈ। মনিপুরগী মাইবা মাইবীনা থৌ তৌদুনা অনাবা ল্মায়েংবগী মওংতুগা সিকিমগী নেপালী হিন্দু-শিংগী ঝাকুশিংনা পাংথোকলিবা থৌদাং অসিগা হায়ফেৎ মান্নৈ। ঝাকুশিং অসিনা লাই ফাওবা তাম্মোকপগী থবক চথরিঙৈদা মাইবীনা ল্মাইবাও পীরিঙৈদা লাই তোংবদগী রান্তবা অতুগুম্না রান্তবা য়াওই। মচিন্দা মন্ত্র শোন্দুনা, চবান থাদুনা, বলি তৌদুনা অনাবা মীদা তোংলিবা লাই ফত্তবতু তাম্মোকপগী থবক পাংথোকই। ঝাকুশিংদি য়াম্না চোনবা মশা খুমজিনবা ফি শেংলি। মখুংদা অঙাংবা খুজেংৎ অমা শেংলি। খুংজেৎ অতুদা শরীক ময়াম য়াম্লি অতুগা উকশমদনা লিক্কোল শি। মখোয়না মন্ত্র শোনবদা শাগী মচি শিজিন্নৈ। মখোয়না খোল অমসুং পিথ্রাইগী প্রথমসু মখোয়গী খুৎল্মাই ওইনা শিজিন্নৈ। অয়ুক তুংথিলগী নতনদদি মখোয়না সাধারন মীগুম্না অতুম লৈ অতুগা খুনিদাংগী মতমদা খোল য়েদুনা, মন্ত্র শোন্দুনা চিংলক্তা, তম্পাক্তা চংলি। ★

## ধর্ম্মগী মতাংদা সিকিমগা মনিপুরগা মান্নবা

সিকিমগী প্রজাশিংবু মখোয়গী কিংথৌনা মমতুনা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎহনখিবা অমসুং বুদ্ধ ধর্ম্মগা লোয়না লোয়নননা লেপচাশিংনা মখোয়না হান্না চৎনরম্বা ধর্ম্মতুসু অতুমক চংপা মওং অসি য়েংবদা মনিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎহনবগী মওং অসিগা মান্নবা য়াম্না লৈ হায়নিংই। মতাং অসিদা মনিপুরদা চৎনরিবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মওং অসি অমুক্তং য়েংশিনবা মতাং চাই। বৈষ্ণব ধর্ম্ম লাকত্রিঙৈদা মনিপুরদা মীশিংনা গুরু শিদবা নিংনরমই। মসিগা লোয়নননা মায়কৈ ডাকপা ল্মাই, য়ুমলাই, উমংলাই অমসুং তোঙান তোঙনবা থৌরমগী

লাইশিংবু ইরাৎ থৌনি তৌরম্বনি। লাইদা ঈ, শা, ঙা কংপা চংনরমই। মীশিংনা শা চারমই। য়ু থকলমই, মী শিরগা ফুম্বা চংনরমই।

নিংথৌ গরীবনিৱাজনা (১৭০৯-১৭৪৮) মশামক বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌরবা তুংদা, প্রজাবুসু নমজুনা ধর্ম্মচু লৌহনখি। ধর্ম্মচু লৌ হায়রবা য়াদবা মীশিংবু দণ্ডি পীখি। মীশিংনা হান্না লাংনরম্বা লাইশিংবু তাথি তাওইনা তৌখি, মাংহন তাকহনবা থোকহনখি। মীশিংনা শা চাবা, য়ু থকপা, য়ুমদা ওক য়েন লোইবদা অথিংবা পীখি। মী শিবদা ফম্বগী মতুংতা নৈ থাবগী চংনবী হৌদোকখি। অদুম ওইমনক মনিপুরদা মনাইডজগী চংনরকপা ধর্ম্মগী নিত্তী নিয়ম থরদি মৎতনা লৈহৌই। নিংথৌ গরীবনিৱাজনা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু মনিপুরদা মরা তাহন্নবগীদমক্তা অকোনবা শক্তদি হৌরগী ধর্ম্মগা নৌনা লাকপা বৈষ্ণব ধর্ম্মগা অনীমু য়ানশিন্দনা চংমিন্নহন্নি। মরম অসিদগী মনিপুরদা লাই কয়ামরুম লাংপা থেংনৈ। হিন্দুগী লাই কৃষ্ণ, রাম, বলরাম, মহাপ্রভু জগৎবন্ধু, মৈতৈগী লাই সনামহি, নোংশাবা, মায়হৈ ঙাকপা লাই থাংজিং, মারজিং, ৱাংব্রেন নচিংবা লাইশিং লামনিং লাংনিংবা মীনা লাংপা য়াখি। ব্রাহ্মন ফাওবা সনামহি লাংলি। লাই খুরম্বদা, পুজাদা ঈ কংপা, শা হাংপনচিংবদি য়াহনখিদে। লাই. পুজা তৌবদা ঈশৈ ভগোয়, সংকীর্তননা মতুং শিনখি।

ধর্ম্মগী উৎসব, হরাও কুম্মৈগী মতাংদসু অহুমডায়। হিন্দু ধর্ম্মগী উৎসব কুম্মৈ - কৃষ্ণজন্ম, রাধাষ্টমী, বামন জন্ম, দীৱালী, দুর্গাপুজা, রথযাত্রানচিংবা মনিপুরদা পাংথোকই। থৌরমশিং অদু পাঙথোকপদা মৈতৈগী হান্না চংনরম্বা নিয়মশিং য়াওনা পাংথোকই। খুদমবু য়াওশং কুম্মৈদা য়াওশং শারগা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মুর্ত্তি লেংশিন্দুনা আরতি কংলগা নৈ থাই। অদুদগী নাক্কথেংবা, কিমুনবা, থাবল চোংবা অসিনচিংবা কুম্মৈনা মৈতৈগী হান্নগী চংনবীনি। বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপশিংনা মনিপুরগী মৈতৈ উমংলাই হরাওবা, সনামহি চেং হোংবা, শাগৈগী য়েক সলাইগী চাকলেন কংপা, অপোকপা খুরুম্বা অহুমক পাংথোকই।

অঙাং পোকপগী ষষ্ঠী শোনবদা ব্রহ্মনন। মন্ত্র থিহুনা ষষ্ঠী শোল্লি। অহুবু অয়ুক্তা মাইবীনা ইপান থায়। ষষ্ঠী শোনবদা অঙাংগী মামনা তেন কাপ্‌লিবসি মৈতৈগী হান্নগী চৎনবী লাই ফত্তবা তাস্তোকপগী মওংনি।

লুহোংবগী থৌরম পাংথোকপা মতাংদসু ব্রাহ্মননা মন্ত্র থীহুনা অমসুং সংকৃত্তন শক্নুনা পাংথোকলিঙৈদা ঙা থারিবা, অহুগা লোয়ননা লম লাই খুরুম্বগী, অপোকপা খুরুম্বগী, সনামহি লৈমরেন খুরুম্বগী হৈকৎ লৈকৎ তমই।

শিবগী মতাংদসু ঐখোয়না থেংনরি মহুদি চহি ৩ শুদবা অঙাংনা শিবদদি ফুম্বা চৎনৈ। নুপীনা অঙাং পোকপদা শিবা, নুপীনা ময়ুম পান্দনা শিবা থোক্লবদি চুক শাবগী থৌরম মাইবনা পাংথোকই। অশিববু কু শারগা হাপলিবসি মৈতৈগী মমাংঙৈদগী মী শিরগা ফুম্বগী চৎনবী লৈরম্বা অহুদগী লৌবনি। অসুম্না মনিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপশিংনা ধর্ম্ম অনী ইরোয়ননা চৎপগুম সিকিমগী লেপচা কাংবুদসু ধর্ম্ম অনী খুৎশন্নরা চৎপগী মমি তাই। *

## সিকিমগী পালজোর ষ্টেদিয়ম

শান্নখোংনববু পামজবা, মুংশিজবা ঐনা চীংলৈবাক অহুগী শান্নবুং য়েংনিংবা য়াম্না পোকথি। চীংলৈক অহুদা করম্না ফুটবোল, হোকী, ক্রিকেট শান্নরিবনো খল্লুবনি। চীংমায় তেমলগা শেম্বা গেঙটোক্কী পালজোর ষ্টেদিয়ামহু ফনা চাওই। মতম অমগুদা হোকী, ক্রিকেট, ফুটবোল, এথলেটিক শান্নবা য়াবা মফম লৈরমলে। চীংমায় ককলগা শেম্বা গেলরীহু মী লিশিং ১৫ রোমগী ফমফম ওইগনি। ইন্দোর ষ্টেদিয়মসু কমপেক্ত ওইনা ষ্টেদিয়ম অহুমক্তদা লৈ। ৱার্ল্দ কপ ফুটবোল ৯২ পালজোর ষ্টেদিয়মদা পাংথোক্লবা শেমশাহোই। শান্নবদা মমিং চৎলে হায়না চাওথোকচরিবা মনিপুরনা পালজোর ষ্টেদিয়মগুম্বা ষ্টেদিয়ম লৈজদ্রি। খুমন লম্পাক ষ্টেদিয়ম লোইশিনবা ঙাইবা তারি। *

# সিকিমদা ট্রেকীং

ফিজিকেল এডুকেশন অমসুং স্পোর্টস থৌরমগী মনুংচনবা ট্রেকীংগীদমকত্তি সিকিমগী নোংচুপথংবা শরুক্তা খুদোংচাবা য়াম্না লৈ। এদভেনচর স্পোর্টস অসিগীদমক ভারতকী ষ্টেট কয়াদগী নহারোল য়াম্না সিকিমদা লাকনৈ। কালেন থা য়ৌরক্লুনা হিমালয়দগী উন শোদোকল্লবদা অথাপ্পা লমদগী মীওই কয়ানা ট্রেকীংগীদমক এপ্রিল মে থাদগী হৌনা সিকিমদা থুংলৈ।

মীওইবগী থিজিননিংবা, খঙনিংবা হায়বসিস্থ অঙকপা গুননি। খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লহুনা থিজিল্লুবদগীনি ঙসি মীওইবগী সভ্যতানা অস্থম অস্থম পাকথোরক্লিবসি। ইরৈকনগ্রবা, লুগ্রবা আটলান্টিক মহাসাগরদা হি তোংহুনা খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লহুনা চৎলগা কলম্বসনা আমেরিকা পুথোকলম্বনি। মায়কৈ কদোমদনো খঙদবমখৈ ঈশিং লম্বীদা চৎতুনা ভাসকো দা গামানা ইন্দিয়া য়ৌরকখি। টেনজিং নোরকে অমসুং ইদমন্দ হিলারীনা উন্না কুপ্পা অতিয়া পকনা ৱাংগ্রবা হিমালয় চীংদোল য়ৌরুই। টেনজিংনা হিলারীনা য়ৌরুরে, হিমালয় চীং কাবা তোকলসি কনাশু হায়নদে। ট্রেকীং অসি এদভেনচর স্পোর্টস ওইনা হেন্না হেন্না ময়ামনা পান্নরক্লি।

ট্রেকীং হায়বদি শম্না হায়রবদা খোঙনা ৱানা চৎতুনা লম কোয়বা হায়বনি। চীংলক্তা লম কোয়বা হায়বসি ইরাই ল্যায়বা নত্তে। শীংজংও, থৌরীও, চানথক্লবগী নম্বোও করিও চৎপা তাবনি। ট্রেকীং স্পোর্টকী পান্দমদি এদভেনচর, নুংঙাইবা, হাকথেংনবা জ্ঞান, মহৌশাগী ফজবদা পুক্লিং লুপচবা অমসুং নিংহন্নদবা থৌনা অসিনি। সিকিমদা ট্রেকীং পান্নবগী মরম কয়া লৈ। ৱাংল ৱাংলবা চীংদোল য়েংবদা অকি তুজুং পোক্লবা, লৱায় শম চপ চপ য়ুংলবা লুগ্রবা লোকচপ, থৌরী থাহুনা কাগদবা মোনেষ্টরী, মখল মখাগী উপাল, শোংলবা মোংশোং মীয়োক মীচান ফবা সিকিমগী প্রজাশিং মখোয়গী ইনাক খুল্লবা সংস্কৃতি অসিনচিংবা অসি ট্রেকরশিংগীদমকতি

থোইদোকনা পুক্লিং চিংশিননিংঙাই ওইবঙাকনি। ফজরবা চীংলকী দৃশ্যনা ময়ামবু খুলাম তোয়না কৌবগুমই। থোইদোক হোন্দাক্লা ট্রেকরশিংবু কৌশিল্লিবদি হিনালয়ননি। ট্রেকরশিংনা হিমালয়বু হেন্না খঙজিনবা পাম্বদগীস্থনি। ★

## হিমালয়বু খিজিনবা

হিমালয় হায়বসিমকতি মীশিংদা মতমচুপ্পদা শিংনহ্নতা লাক্লিবনি। মহাকপু চপ চানা খঙবা ঙসি ফাওবা ঙম্মদ্রি। মহাভারতকী মতমদগী হৌরহ্না চীংজাও অসি এখোয় খ্বায়গী অঙকপা ওইহ্না ল্লাক্লি। হিমালয়গী শকলোন কয়ানি। লোংতুনা লৈরিবা লনগৈনা কয়া অমনি। মহাক্কী নশায়গোন্দা মুনি ঋষি কয়ানা ল্যাইনিংফম, ধ্যান তৌফম ওইরি। মহাকসি পৃথীবীগা স্বর্গগা শন্নহনবা মেরুনি হায়না লৌনৈ। হিমালয়দগী তুরেল কয়া চেন্থরকই। উনগী মতুম কয়া চেন্থরকই চীংদোলহ্নদগী। মহ্না পাং কয়া শেমই, তুরেলুদা ইনোং হাপই। ঈশিংদা লৈবা জীব কয়াগী থবায় হাপ্পিরি। মীওইবদা কান্নবা কয়া ফংহনবীরি। হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন ধর্ম্ম চৎপশিংনা হিমালয় চীংদা মখোয়গী ঈশ্বর লৈ হায়না থাজনৈ।

মহাভারতকী মতুংইন্নদি হিমালয় চীংবু মেরু পর্ব্বত কৌই। মসিবু স্বর্গনি হায়না লৌনিরমই। মেরুগী চীংদোলদা নোংগী লাই ইন্দ্রদেবগী লৈফমনি হায়নস্থ থাজনরমই। মহৌশাবু পামজবা, এদভেনচর পামজবা মীওই কয়ানা হিমালয়গী লোম্না থুপ্পা থমজবা লনগৈ থিবা চৎপদা থবায় থাখিবস্থ কয়া অমনি। হৌজিকস্থ থিজিনবগী অরেপ্পা লৈত্রি, থিজিনগদবা কয়া অমস্থ ৱাংলি। হিমালয়গী চীংখোঙদা ফজরবা লম্পাক, লুপ্তবা ঈশিংগী পাং, চীংচেপকী নাকলদা য়াম্না লুথনা লৈপ্তবা লোকচপ কয়া কয়া লোৎতুনা লৈরি। তাংলুবা শা উচেক, উপাল ৱাপাল কয়া অমস্থ হিমালয়দা লৈরি।

য়েতি হায়রীবা জীব অসিমক হিমালয়দা লৈ হায়না থাজনরি। লেপচাশিংগী থায়নগী ৱারী মতুংইন্নদি জীব অসি ফুট মাপল হায়বদি মিটর অহুমলোম ৱাংই। মচুদি অমুবা নত্রগা ৱাওথাংনৈ। য়াম্না কনবা, তমথিবা জীবনি। মসিনা অঙাংগী মঙক থেক্কুনা ঈ চুপ্পী অমসুং মশা চাথোকই। ৱারী অসি অহানবদদি থাজনরমদে। অতুবু নেপালগী শকক্তা লৈবা হিমালয়দা মীশিংনা যেতিগী খোঙ্গুল থেংনখিবদগীদি পৃথীবী পুম্বনা ভঙকপা ৱারী অসিদা হেন্না খঙনিংবা, থিজিননিংবা পোক্লরকখি। সিকিমগী মীশিংনদি হায় য়েতিদি মীনা উবা ফংবা নত্তে। মসিদি আত্মা (ভুং) নি। মহাক লৈরে হায়বসি ইশাদা ফাওগদবনি নত্রগা মখোল তাগদবনি।

অসিদগী হেনবা পোং কয়া অমসু হিমালয়দা লৈবি। ট্রেযরশিংনা য়াম্না পামজবা, খঙনিংবা, য়েংনিংবা অমনা য়াক হায়বসি নি। য়াক হায়বনি মতু চোম্বা শানি। য়াকনা সিকিমদা লৈবা মীশিংদা কান্নবা য়াম্না পী। ষঙ্গোম মরাং কায়না পী। ষম্হিতুনা কংহুল্লগা মৈ থানৈ। য়াক্কী মশাতু শা ওইনা থোংলগা চাই। মাগী লোংখুম অতুনা শিবিষ (Glue) ওইনা শিজিন্নৈ। মমৈ অতুনা ফকলাংগী অমোৎপা কন্থনবা শুমচিং শাবা য়াই। কান্নরবা জীব অসি ফুট ১৩,১২৩ (মিটর ৪০০০) দগী তাদনা ৱাংবা মফমদা লৈ। ট্রেকরশিংনা সিকিমগী থানসম হায়বা ফুট ৫৮০০ (মিঃ ১৭৬৯) ৱাংবা মফম অসিদগী হৌরগা দোংগ্রী হায়বাতু তান্না চৎলগা য়াককী শনজাংবু থেংনগনি। মফমতু য়োবদা মুমিৎ নিনিদি চংগনি। অতুবু য়াক তোংতুনা কোয়বগী মুংঙাইবদি ফংই।

নোংচুপতা লৈবা Yuksom হায়বসি ইতিহাসকী ওইনা মমিং চৎপা চীং অমসুং পাৎকী মরক্তা লৈবা টাউন মচা অমনি। সিকিমগী অহানবা নিংথৌনা খৃঃ ১৬৪২ দা ফম্বাল তোংখিবা মফমনি। মফম অসিদগী দোংগ্রী (Dzongri) অমসুং গোচিলা (Gochila) ফাওবসি ট্রেকীং তৌবা য়াই।

য়ান্না ঙস্বা মফমনি। ট্রেকরশিংনা কাবদা থরা য়ানা থোক্কনি। অতুম ওইনমক মহৌশা লাইরেম্বীগী নিংথিরবা খুদোল কয়া উবা ফংবদা অরাবা পুন্নমক কোকহল্লি। সিক্কিমগী হিমালয় লমদমদি য়েংনিংঙাইগী য়েংনিংঙাই ঙাক্কনি। জর্মনগী জুওলোজিষ্ট অর্নষ্ট সেফর (Ernst Schafer) না অরাংথংবা সিক্কিমদা লৈবা চুংথাং লমদমদা (Chungthang region) দগী খৃঃ ১৯৩৮ দা শাপী (Shapi) "Hemitragus yemlai - cus - schaferi" হায়বা শা অসি ইহান হান্না পুথোকই। হায়রিবা শা অসি সিক্কিমদতা ফংবনি, শঙাইনা মনিপুরতদা ফংবগুম। হামেংমুকতা চাউবা শাপী হায়বা শা অসি হিমালয়গী Tarh family গী শা মখল অমনি। ট্রেকরশিংনা থোঙনা চৎপদা য়ারকললবদা অওম্বা চীংদা কাথৎপদসু য়াক্কী মতেং লৌরিবনি।

উনলক্কী কবো কৈ (Snow Leopard) হায়বা মতু চোম্বা, য়াওথাংনবা, মনৈন্থ চ-ে চক-ন লাউবা শাতুম্থ হিনালয়গী ফুট ৫০০০ (মিটর ৫২৪) দগীনা ফুট ৮০০০ (মিটর ১,৫২৪) ফাওবা য়াংবা লমদমদা উবা ফংই। য়েংবদা ফজম্বা উচেক (Monal pheasant) সিক্কিমগী মীশিংনদি "নৌ রঙ্গে দাফনে" কৌবা উচেক অসি ফুট ১০,০০০ (মিঃ ৩০০০) য়াংবা মফমদা লৈ। অনেম্বা মফমদা পাইথরক্কবনা মী অয়াম্বনা ফজরবা উচেকসি উবা ফংনদে। অতুবু ট্রেকরশিংদি মসি উবগী খুদোংচাবতু ইরায় লাঙ্গনা ফংই। ★

## কাঞ্চনজঙ্ঘ নেসনেল পার্ক

পৃথীবীগী মখুংদা খ্বাইদগী য়াংনা লৈবা নেসনেল পার্কশু সিক্কিমদা লৈরিবনি। কাঞ্চনজঙ্ঘ নেসনেল পার্ক হায়রিবসি স্কয় কিলোমিটর ৮৫০ গী লম্পাকনি। পার্ক অসি চীংদোল্ল ময়ামনা কোয়শিন্দুনা লৈ। নোংপোক্কনা লামো এগদেন চীংদোন, অমসুং অতৈ চীংদোল তরা অতুগা মথারোমদনা

মাউন্ট পন্দিম, নরশিং, গোচালা, কাব্রু চীংদোল লৈ। অদুগা নোংচুপথংবা মায়কৈদনা কাব্রু, টোলং কাঞ্চনজঙ্ঘ চীংদোলনা কোয়শিল্লি। কাঞ্চনজঙ্ঘ নেসনেল পার্ক অসি নেপালফাওবা শন্দোক্লুনা লৈব্রি। মহৌশাগী অঙকপা ফজবা কয়াবু লোৎশিন্দুনা থম্লিবা সিকিমদা চহি খুদিংগী ভারতকী অমসুং অতৈ লমদগী এদভেনচর স্পোর্টস অসিবু পামজবা মী কয়ানা সিকিমদা লাকপা হায়বসি মশানা তারবনি।

খোঙনা রানা চৎতুনা সিকিমদা কোয়রুরগা হল্লকপদা পুক্লিংদা অপেনবা ফংনৈ। রার্ড সরথনা কোংদোকখিবহুনি - মহাক্ল। পুক্লিং রারবা মতমদা মানা উখিবা ডেকোদিলনা পুক্লিংদা হাইনা - হুম্মা শান্নহুনা অরাবা কাউহল্লি। চীংলক্তা খোঙনা চৎপদা, চাকম তুমফম খঙদবা, অরাবা খুদোং থীবা মায়োক্ল-খিবহু ট্রেকরশিংনা কাউথোগ্রগা মহৌশাগী ফজবহুবু নিংশিংহুনা তুংদসু পুক্লিং মুংঙাইবা ফংই। ট্রেকরশিংনা ফংলিবা কয়াগী অপেনবহুদি শেলনা লৈহুনা ফংবা নত্তে। ❋

## সিকিমগী ডিয়ার পার্ক

সাইট সিইংগী মথং মথং চৎপহুদা সিকিমগী ডিয়ার পার্ক য়ৌরকই। গেঙটোক সহরদগী মাইল ২ (কিলোঃ ৩) লোমদং চৎলগা পার্কতু লৈ। পার্ক অহু পংচাউ চাউবা নত্তে। চীংমায় তেমলগা শাশিংগী লৈফম শেঙ্গনি। পার্কতুদা লৈরিবা শজি মচাশিংনা করিগু নাচুংবা তৌদনা মী মরক অহু থোরক্লুনা মচিঞ্জাক চারবসু উরুরগা নিংশিংলুকই, মনিপুরগী শঙাইগী রাকৎ - "ঐবু অমুক্তদি কনবীয়ুবা কৈদৌগে" হায়বহু। ★

## মনিপুরগী শঙাই

পৃথীবীদা তাংনা ফংলবা শঙাই হায়বা শা অসি মনিপুরগী তাঙলবা লননি। শাগী হায়বা শা অদু সিকিমদতা ফংবগুম শঙাইসি মনিপুরদত্তা ফংবনি। অদুনা শঙাইবু ষ্টেট এনিমেলনি হায়না মনিপুরদা সনমান তৌনৈ। পীগুম মথক্তা থা মচেং শানা মচী লোংদুনা হৌই হায়দুনা শঙাইবু Brow - antlered - dear হায়নস্থ কৌনৈ। শগাইদোনা নোম্বা ফুমদি মথক্তা খুমাং থাঙ্গৎলগা খুদুংনা হোংদুনা চেনবদু জগোয় শাবা মাল্লি হায়দুনা E.P. Gee না খৃঃ ১৯৫০ দা শঙাইবু Dancing deer of Manipur হায়না মীং থোনখি। মহাক্কী বিজ্ঞানগী ওইবা মীংদি Lieunt Eldi নি। বৈজ্ঞনিক Lieunt Eldi না শঙাইদা থোনখিবা মীংনি হায়দুনা Eldi হায়বা ৱাহৈসি মমিংদা য়াওবনি।

মতম অমদদি মনিপুরগী মফম কয়াদা শা অসি মশীং য়াম্না লৈরম্বনি। চীং লেৱা, য়েংবদা ফজবা নচী পানবা অসি শিকারগী শা ওইবদগী মথোয়গী মশীং য়াম্না হন্থ্রে। মথোয়গী মশীং হন্থখিবগী মরম অতৈস্থ লৈ। মথোয়দি ঈংনা তপ্পা অঙৈংবা মফমদা লৈবা পামজবা জীবনি। অদুনা মনিপুরগী কৈবুল লমজাওদা খৃঃ ১৯৫৪ দগী হৌনা Wild life Sanctuary শেমদুনা শঙাইশিংগী লৈফম শেমখি। খৃঃ ১৯৭৭ দা কৈবুল লমজাওবু National park ওইহন্দুনা শঙাই ঙাকশেন্নবগী অকনবা থবক লৌখৎখি। কৈবুল লমজাওগী পাকচাওবদি কিলোমিটর ৪০ রোমনি। অদুম ওইনমক শাশিংদুনা নিংতম্না শান্নজবা ফংবা মফমদি কিলোমিটর অমরোমদনি। অতৈ মফম অদুদি মীওইবনা লম্নাইগী কান্নবগীদমক ফুমদিগী নাপী মৈ থাবা, ঙা ফাবা, শজিক ফানবা, কম্বোং হেকপনচিংবা তৌদুনা শিজিন্নৈ। মসিনা জীবশিং অদুদা য়ৈথায় থিঙ্গায় য়াম্না থোকহল্লি। অয়াম্বা মতমদা কৈবুল লমজাওদা লৈবা শঙাইশিংনা মীপাইবা পোকই, অমস্থং মপুক্লিং লৈতাদবা ওই।

তাইবং মীওইবমা মখোয়বু থীনা তৌবীবনা মী উরগা কিজে, মখোয়গী মীৎয়েং তথক তথকই অমসুং অয়াম্বা মতমদা লোৎতুনা লৈ। অদুনা কৈবুল লমজাও নেসনেল পার্কতা শঙাই য়েংবা চংলুবদা ইরায় লাঙ্গনা উবা ফংবা নত্তে, সিকিমগী ডিয়ার পার্ককী শক্তিগুম। হৌজিক কৈবুল লমজাওগী ফুমদি মথক্তা শিবা ঙাইবগী মওংদা হিংলিবা শঙাই ৫০ য়োমদং লৈরি। মনিপুরগী চাওথোকচনিঙাই ওইরিবা অশেংবা লন অসি মুংথ্রদরা হায়বগী মীপাইবা পোক্নদুনা লৈরি।

সিকিমগী ডিয়ার পার্কতদি শজিশিংনা নিংথম থা, নোংজু থা অমদি কালেন থাদা লৈনবা তোঙান তোঙানবা মফম শেমদুনা থম্মী। পার্ক অদুগী ময়ায়দা ভগবান বুদ্ধগী মুর্ত্তি অমা লৈ। মদু ভারতকী সারনাথতা লৈবা বুদ্ধগী মুর্ত্তিদুগা মান্নৈ। পার্ককী অকোয়বদা ফজরবা লৈকোল শেমদুনা লৈ। মথল মথলগী ফজরবা লৈ য়াম্মা শাংলি। পার্ক অদুগী মচি অনদনা অমুবা শগুম, মচি অনদনা রেদ পান্দা অমসুং সিকিমগী উচেক মথল কয়া য়োকতুনা লৈহৌই। রেদ পান্দা (**Ailurus Fulgen**) হায়বা শা অসিমক্তি সিকিমগী লেমজনিংঙাই ওইবা শানি। রেদ পান্দসি ফুট ২ (মিটর ১) রোম রাংলগা মমায়দু ট্রাইংগল মান্নি। মথজায়দা মরী মরী লাংই। মমৈদু পুংই। মখোয়দি উথক্তা লৈ। গেঙটোক্কী ডিয়ার পার্কতা রেদ পান্দা উবা ফংবসি য়াম্মা নুংঙাই মরমদি মখোয়দি অয়াম্বা মতমদা ফুট ৬০০০ (মিটর ১৮২৯) দগীনা ফুট ১২,০০০ (মিটর ৩৬৫৮) রাংবা লমদদা লৈবা জীবনি।

ডিয়ার পার্ক য়েংলুরগা হল্লকপদা উরকই সিকিমগী এসেমব্লী হোল। মদু য়াম্মা ফজে, দিল্লীগী পারলিয়ানেণ্ট হাউসকী মওংনি। চীংমায় তেমথোক-লগা শাবনি। ঐখোয়না চংপা মতমদুদা সঙ্গাদ্রি হায়দুনা ঙাক শেন্দুনা থমহৌরি। সরকারগী অফিস বিলদিং অয়াম্বা লম ইকন কন্দনা মথোল মথোল শাগৎতুনা ডিপার্টমেণ্ট কয়া বিলদিং অমথক্তদা লৈবগী থুদোংচাবদু ফংই। ★

## গেঙটোক্কী লাল বজার

গেঙটোক্কী লাল বাজারদা কৈথেল কাহ্নবা পোৎ-চৈ লৈবা অমসুং কৈথেলগী মওং য়েংবা ফংবহু নুংঙাইবা পোকই। কৈথেলদা জাৎ কাংলুপ খুদিংগী মী তিল্লি। খুঙ্গংগী লমদগী মী লাক্কুনা পোৎ য়োল্লে, পোৎ লৈরে। তোঙান তোঙানবা মী কাংলুপনা মরোন্দা রা ঙাংনবা, তুকান খরদা হিন্দি ফিলমগী ঈশৈ খোংবা, লোটরী টিকেট অসিনচিংবা য়োনবা, পোৎ লৈরো লাউ হায়না কৌশিনবা, ময়ামগী ইনিলনা কৈথেলহু ইরাং লাংই, ইনিল নিল্লি। নুপাসু নুপীসু কৈথেল ফম্মি, পোৎ য়োল্লি, পোৎ লৈ। নুপা নুপী তোখায় ভাবগী রা লৈতে। গেঙটোক্কী লাল বাজারদা নুপীনা কৈথেল কল্লগসু মনিপুরগী নুপী কৈথেলগদি মান্নদে। মনিপুরগী কৈথেলদা নুপীশিংন। ললোল ইতিক তৌবগী তোপ তোপ্পা শক্তম লৈজে।

গেঙটোক্কী কৈথেলদা য়োল্লিবা পোৎচৈহু মনিপুরগী কৈথেলদা য়োল্লিবা পোৎচৈগা ইমান মান্নে। কৈথেলহুদা শোইবুম, শোইদোন য়োল্লি। হরাইচারহু তিলদগী খাবৈনা কোৎলগা য়োনবহুদি মনিপুরদা য়োনবগী মওংগা য়াম্না থেন্নে। মাংঈ শেংই হায়বগী রাকমগা লোয়নহুনা তরু তরুনা হরাইচারহু উহন্দনা লানা য়োমলগা মনিপুরদা য়োন্নবহু হকশেলগী মায়কৈদগী য়েংবদা খরা হেন্না করা মওংনি খল্লি। উ মোরোক্কী মখল অমসু য়োল্লি। লাল বাজারদা য়োল্লিবা পোৎশিংহু মমল হোংবদি নত্তে। শামতুগী ফিরোলহু অঙ্গংবা লম ওইবনিনা দরকার য়াম্না লৈ অহুনা মমল য়াম্নবসু অহুম লৈহুনা শিজিন্নে। য়াক্কী মখোনদগী শেন্দ। মাখনসু মরাং কায়না লৈহৌবাদা য়োম য়োনহুনা য়োলহৌই।

লম য়েংবা হল্লকপদা তোংবা বস অহু সিকিম ষ্টেট ট্রানসপোর্টকীনি। বস অহুদা থারি - "সিকিম মীনস্ ভাণ্ডারী, ভাণ্ডারী মীনস্ সিকিম"। করি হায় হায়রিনো খল্লুই। অতৈ নৎলমন্রে। সিকিমগী প্রজানা ভাণ্ডারীগী লিদরসীপতা থাজবা অমসুং পেঞ্জবা ফোংদোকপা ওইরম্লে। *

## সিকিমগী মৈহৌরোন ইতিহাস

মমাংঙৈদদি সিকিম অসি নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরম্বনি। ইতিহাসকী মতুংইন্নদি সিকিমদা নিংথৌ পানবা হৌবসি খৃঃ ১৬৪২ দনি। মসিগী মমাংদদি সিকিমগী মৈহৌরোনদগী লৈরকপা মী কাংবু লেপচাশিংগী মখোয়গী অইবা রেকোর্দ লৈরমদে। মখোয়না খুঙ্গংশিংদা খুন্নাকপাশিংগী মখাদা লৈরমই। খৃঃ ১৬৪২ দা Phuntsog Namgyal না সিকিমগী অহানবা নিংথৌ ওইনা ফম্বাল কাখি। নিংথৌবু Chogyal হায়নসু খঙৈ। Phuntsog Namgyal সি খৃঃ ১৬০৪ দা পোকই। মহাকপু লামা অহুমনা সিকিমগী নিংথৌ ওইনা খনখিবনি। মহাকনা সিকিমগী নোংচুপতা লৈবা য়ুকসমদা কোন্নুং শেমগৎলমই। মহাকনা মাগী লৈবাকপু জোং হায়বদি দিসত্রিক ১২ থোকনা থাইদোক্লগা দিসত্রিক খুদিংবু dongpon হায়বদি গবর্নর ১/১ অমসুং মিনিষ্টর ১২ গী কাউনসিল অমা থমহনা লৈবাক ঙাকলমই। মহাক্না পাল্লিঙৈ মতমদা সিকিমদা বুদ্ধ ধর্ম্ম য়াম্না চাউথৎলমই। মানা সিকিমগী তোঙান তোঙানবা মফমদা মোনেষ্টরী কয়ামুক শাহনখি। মহাকপু মাগী মচান্নুপা Namgyal না খৃঃ ১৬৭০ দা নিংথৌ খুভম শিলহৌই। মহাক্না পানবা মতমদা মানা রেবদেনসিদা কোন্নুং হোংখি।

সিকিমগী অহুমশুবা নিংথৌসু ধর্ম্মদা য়াম্না পুক্রিং চংবা মী ওইরমই। অহুবু মাগা পোকমিন্নদবা মচিন মনাও, মচনশিংনা লৌতুনবদগী মতুংদা মোনেষ্টরীদা লৈহনা পুন্সি লোমখি। মহাক স্কোলার অমনি। মহাক্না লেপচা লোনগী ময়েক হৌদোকলমবনি। বুদ্ধ লাইনিংবশিংনা ইনগদবা নিয়ম, থকসি খাসিগী মরমদসু ইহনা থনমই। কাঞ্চনজঙঘ চীংদোলদা তৌবীমল খঙবা উৎপা জগোয় অমসু মহাক্না পুথোকলমই। সিকিমগী তরানিথোয় শুবা নিংথৌ Chogyal Thondup Namgyal না পানবা মতমদা সিকিমগী প্রজাশিংনা অচৌবা অহোংবা অমা থেংনবা হৌখি। প্রজাশিংনা ভোট

থাদহনা লুচিংবা খনবা পাম্বদগী নিংথৌ খুভম লৌথোকখি। অদুদগী গনতন্ত্র চৎপা হৌখি অমসুং মতুংদা ভারতকা পুনশিনখিবনি। নিংথৌ Thondup Namgyal না মমিংতা ওইনা নিংথৌনি হায়দুনা মানা শিত্রি ফাওবা লৈরমই। মহাক মশাগী চহি ৫৮ শুবদা খৃঃ ১৯৮৪ দা শিখি। ★

## সিকিমনা ভারতা তিনবা

সিকিমনা ভারততা তিনখিবসি খৃঃ ১৯৭৫ দনি। খৃঃ ১৯৭৯ দা শ্রীনর বাহাদুর ভাণ্ডারীনা লুচিংদুনা সিকিমদা পোপুলার গোর্ভনমেন্ট লিংবা হৌখি। অদুদগী সিকিমদা শিংথাবা য়ানা চাওখৎপা পুরকখি। লাইরিক লাইশু তম্বগী মায়কৈদা অনৌবা থৌরাং কয়া লৌখৎপা হৌখি। শিংথাবা য়াবদি ক্লাস XII ফাওবা ফ্রি এডুকেশন পিবগী থৌরাংদুনি। মসিনা লাইরবা অঙাং কয়া লাইরিক তম্বা ঙমহনখি। অদুনা খৃঃ ১৯৮১ দা লাইরিক হৈবগী চাং ৩৪·০৫ দা ওইরম্বদগী ১৯৯১ দা ৫৩·৫৩% দা হেনগৎহনবা ঙমখি। ভারতকী ষ্টেট অতৈগা চাংদম্নবদা সিকিমনা লাইরিক হৈবগী ফিভমসি ৯ শুবদা লৈখি।

মীশিংদা শিক্ষা ফংহনবগা লোয়ননা মীশিংগী হকচাং ফগৎনবগী থৌরাং কয়াসু লৌখৎলি। মসিগীদমক হোসপিতাল, প্রাইমারী হেলথ সেণ্টরনচিংবা কয়া লিংখৎলি। ইলেকত্রিসিটি মরাং কায়না পুথোক্নুনা উদ্যোগকী লমদা খুমাং য়াম্না চাওশিলহল্লি। পব্লিক ৱার্কস দিপার্টমেণ্টনা লম্বী থোং, অফিস-নচিংবা নিংথিনা শাগৎলি, শেমজিল্লি।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা সরকারনা লমদম অদুগী প্রজাবু জাৎ, বিজাৎ, ধর্ম্ম খায়দনা মান্নবা মওংদা ব্যবহার তৌই। অচান মীরাল নাইদনা খুদোংচাবা, কান্নবা ফংহনবা মরমনা প্রজাশিংনা পুক্নিং তপ্পা, শান্তি লৈনা মুংশিননা

সিকিমদা লৈরিবে। চাওখৎ থোক্নাং লোখৎপদা অমজিং পীবা লুচিংবা নর বাহাদুর ভাণ্ডারীবু প্রজানা য়াম্না তৌবীমল খঙবা উৎপাগী বাহৈনি - "ভাণ্ডারী মীনস্ সিকিম, সিকিম মীনস্, ভাণ্ডারী" হায়রীবদু হায়বা জ্ঞান খঙতা তারকই। ★

## রাইটরস্ মীট লোয়শিনবা

তাং ৫।৭।৯২ নি। অতৈ ডিলিগেটশিংদি ঙরাংনা ময়ুম মাইকৈ পাংন-থ্রবনি। সিনিওলচু লোজদগী বসনা খোংশানখি। সিকিমগী আর্টস এণ্ড কলচর বিভাগকী সেক্রেটরীনা ময়ামবু থিন্দোকপা লাকই। থাদা অমমম ঙক্তা কিশিনবীদুনা বিদায় পিরকই। ময়ামগী ফোটো লৌই। ময়ামদু ইরাং লাংই। অমগা অমগা এড্রেস পীনৈ। বীদায় পীনৈ। সিকিমগী টুরিষ্ট বসনা ময়ামদু পুদুনা শিলিগুরী কাওবা থিনখি। মফমদুদগী ট্রেননা অমুক মখোয়না মাগী মাগী ময়ুম য়ৌনখিগদবনি।

ইম্ফালদগী লাকপা ঐখোয়নিদি তাং ৬ ফাওবা সিকিমদা লৈহৌবা তাখি। মসিগী মরমদি ইম্ফালদা হুন্নবগীদমক টিকেট ফংদবদগীনি। য়ুম চংনবগীদমক ঐখোয়দি তাং ৬ কী অয়ুক্তা গেঙটোক থাদোকলগা নুমিদাংদুমা শিলিগুরীদা লেকপা তাই। মথংগী অয়ুক্তা সিলিগুরীদগী টেকসিনা চংলগা বাগদোগ্রাদগী প্লেননা গৌহাটি য়ৌবা, নুমিদাংদুমা গৌহাটিদা লেপ্লগা মথংগী নুমিংতা গৌহাটিদগী প্লেননা ইম্ফাল য়ৌগদবনি।

ডিলিগেট ময়াম চংনগ্রবা মতুংথুদা লোজদা সুবদনী ঐখোয়নিদা লৈবদু ফন চিকই। তৌববুদি সহর অদু য়েংবা লাকপা টুরিষ্ট অতৈদি লৈরিবনি। হুমিং নিনি ময়ামদগী চোম্বনা চীংলৈবাক অদুদা লৈহৌবগী কান্নবা থরস্থ ফংলকখিদবা নত্তে। কনকরেন্সকী অচিনবা প্রোগ্রাম লৈত্রবা নুংথিলদুদা ঐখোয় অনিনা খোঙনা চীংলক্কুগী মফম থরদা চংলি। লমদমদুগী ফজবা দৃশ্য, উরা, উচেক পাইবা য়েংবা ফংলকই। ❋

## সিকিমগী দৃশ্য, উপাল রাপান

রাংল রাংলবা উপালশিং দেবদারু, উচানপাম্বী য়াম্না হৌই। মহুগী মরক্তুদা খুশেমনা থাজিল্লবা ফজরবা লৈ অঙাংবা, নাপু, অঙৌবা লৌয়ননা লৈ শাংপা উরীনা য়েংপহুদি অশংবা পোংলোয়দা তম্ফা থিনবহু মডায়। অরাংবা উপালদা, হাবুংদা উচেক—রায়ানা নুংশিনা মখৌ পোঙনা ঈশৈ শকপা তাই। চীংদগী চেন্থরকপা ঈশিংগী মখোলসু চীংলক অহুদা রা রা লাউনা তাবা ফংই। ★

## সিকিমগী উচেক

সিকিমগী অতিয়া মকোয়হুদা উচেক মথল কয়ানা নিংতম্না পাইহুনা শানবহু চীংমায় মথক্তুদা ঙহাক ফমহুনা য়েংই। সিকিমদদি উচেক মথল ৫০০ হেন্না লৈ হায়। তু চোম্বা মশাহু মিটর ২½ শাংবা উমাইবীদগীনা সেঃ মিঃ ৯ দমক শাংবা টৈসিয়া ওলিভিয়া হায়বা উচেকতু ফাওবা লৈবনি। উতুবী, ঙারাকপী, লমখুনু, মকু, উরোক ঙকশাংবী, উমায়বী, শেকপী, লংজানচিংবা উচেকশিং লমদমহুদা মরাং কায়না লৈ হায়। অয়ুক অঙনবদা নুংথিলদা কোকিল খোংবা তাই। উরক অহুদা উচেক নকোল থরসু শাহৌই। মকোন্দা উচেকশিং ঙংনবগী শোরো শোরো লাউবা মখোল তাই।

থরা অমুক চংলগা উরে চীংমায়দা নপ নপ্পুনা শাবা য়ুম, ফার্ম, ফেক্তরী, স্কুল, কোলেজনচিংবা। নিংশিংলকই ইরমদম মনিপুরগী রা। খ্বাইদগী হেনবা সনানি হায়হুনা ঐখোয়না কৌবা সনা লৈবাক্তী রা। রাংক্ত পাদরী, মীয়োক মীচান কজবী ইনা লৈবাক মনিপুর। ❋

## সনা লৈবাক মনিপুর

প্রকৃতিগী ফজবনা লৈতেংবীনি। নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা, তময়ানা কোরী চেনবদা, উচেক সঙ্গ্, সঙ্গ্না ময়ুম মায়কৈ পাংলকপা, লবুক্তা কৌনানা জুম জুম ল্যাউনা হাইহুম্বা উবদা অয়েংবা কয়াগী পুক্নিং হুদবা য়াওবগে? অদুবু মতমগী ঈচেলদা সনা লৈবাক মনিপুরগী, প্রকৃতিগী ফজবা উমং রামং, চীং পাৎ অয়াম্বা লোইনা তাউথখরে। মনিপুরগীদি য়ুমকৈ, অফিসনচিংবা অয়াম্বসি পাৎ মেল্লগা শাবনা নমই। মনিপুরগী লমফেল্লপাৎ, অকামপাৎ, তাকয়েলপাৎ, পোরোমপাৎতা সরকারগী লোয়শং শাহুনা লৈখ্রে। নোংজু পাম্বাদনা হোসপিতাল অমসুং অতৈ অফিস অয়াম্বা ঈশিং থুমহুনা লৈ। শেল ভমুক থাদহুনা পম্পনা ঈশিং চিংথোবনৈ। পাৎশিং অদুদা ফংলম্বা ঙাতোন, পেংবা, থরাকনচিংবা ফজগ্রবা ঙাশিং লোইনা মাঙখ্রে। ঈশিংদা ফংবা মনামশীং, কনবোং, থরো, থম্বাল, শিংজু ময়াল, লমফেলপাৎকী কোম্বীরৈ লোইনা মাঙখ্রে। ইকোলোজিকেল বেলেন্স থম্নবগী, এনভাইরোনমেণ্ট প্রোটেকসনগী প্রোগ্রামশিং, সেমিনার, কনফরেন্সতা ঐনা শরুক য়াওখিবশিংদু অমুক নিংশিংলকই। সিকিমদদি ইকোলোজিকেল বেলেন্স মাংবগী পাথৎনবা লৈত্রি। সিকিমগী বোর্দর লানশিনলকপদগী মায়কৈ খুদিং ইশং শংই, ঈংঈং ঈংই। মহৈশাগী লনশিংবু ঙাক্কুনা থম্বগা লোয়ননা খুৎশেমনসু মতেং পাংশিনবদগীনি। খোঙনা চীংলক্কুদা কাথোক বাশিন তৌহুনা চৎপদু রাশিল্লকই। ঐখোয়গী সনা লৈবাক্কুদদি ঐগী কোম্থোংদগী খ্বাইরমন্দ কৈথেল ফাওবদং চৎপদু কিলোমিটর অমা ফাফাৎতে। অদু চৎনবগীদমক কোম্তোং থোক্লগা পুংখায় অমদি রিকসা ঙাইহুনা লৈরিবনি। খোঙনা চৎপদা মিনিট ১৫ মঙায় চংগদবা। অদুবু চৎনদে লুপা ৩ পীরগা রিকসা তোংহুনা চৎনৈ, মপাঙ্গল কল্লবা পাথংফাওবা। খোঙনা চৎপা চোপ্লবগুম তৌই। অদুগী মহৈনা ওইরমাল্লে ঐখোয়নী পংশাং শাংনা চৎপা

ঙমখিদে। গেঙটোকী লম্বীতুদদি একাগাড়ী, খেলাগাড়ী, রিকসো অমতা উদে। কার, জীপ, ভানদি লৈ। লম্বী মতেক চংনবগীদমকস্থ তোংতুনা চংনবা গাড়ী লৈতে মফম অতুদা। লম অতুগী মৌশিংনদি চীংমায় ককতুনা শেম্বা লম্বী অশম্বদা চংলগা থুনা য়োবা ঙমই। নোংমা নিনিগী ওইনা কোয়বা লাকপা ঐখোয়দি লম্বী অশম্বতুস্থ খঙবা নত্তে। থেকনা খোয়না লৈবা লম্বীতুগী মতুংইন্না চংপতুদদি য়োবা কৌবা নাইদে। চংখিবদি চীংদোলদা লৈবা লোজ অতুদগী কুমথবনিনা থোইনা ৱাক্লদে অতুগা হুল্লকপদদি অঙম্বা কাখংপা তাবনিনা য়াম্না ৱানা থোকখি। খঙহৌদনা লৈচিল থাজিল্লকই। থুনা হুল্লো হায়রকপা খুদম্নি। চীংমায়দা নপ নপ্পুনা লাই চাংগ্রং, ষম্বিয়েল খুংকেবী পাম্বী মচা মচা য়াম্না হৌহৌই। ★

## সিকিমগী লম্বী থোং

সিকিমগী লম্বী থোংদি ফত্তবা নত্তে। লম অমা চাওখংপা হায়বসি লম্বীথোং ফবদা তাংজবনি হায়বসি সিকিম সরকারনা মুন্না খঙই। চীংলক ওইবনিনা রেল ফাওদে, এরোপ্লেন তাফম লৈতে। লম্বী শোরোকতি য়াম্না মপুং ফানা শেনগংতুনা খুল অমগা অমগা ফাওনহল্লি। STNM হোসপিতালগী মমাংদা ফ্লাই ওভর শাতুনা লম্বী চিনবগী খুদোংচাদবা লৈহন্দবতু উরুবদা নিংশিংলকই কৈশামপাংকী ক্রোসিংদা চিনবদো। ★

## মনিপুরদা ফ্লাই ওভর

য়াওশং ময়া নকশিল্লকপদনি। য়াওশংগী কৈথেল কাবদা খুদোংচানবা হায়তুনা খ্বাইরমবন্দ মমুংদা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী চংবা থিংখিবনি। ৱাহেংবম লৈকাই রোমদগী ল্যাকপনে, কৈশামথোংলোমদগীনে, নিত্যাইপাত চিথেক-লোমদগীনে, টিদিম রোদতগী লাকপা মখোঙ মরী পানবা টাটা গাড়ী, ট্রক,

কেণ্টর, মারুটি কার, ভান, য়ামাহ, স্কুটর, লুনা একাগাড়ী, থেল্লাগাড়ী, রিকসো, ঘনগাড়ী, খোঙনা চৎপা মী ময়াম মথং মথং থোম্‌জিন্নরকই পুং ৯ লেমে তাবহুদা অফিস কাবা, স্কুল, কোলেজ কাবা কৈথেল্‌ কাবা থেংশ্রে হায়না। ঐস্থু পুং ৯'৪৫ গী ক্লাস লৌনবা লাকপনি রাহেংবম লৈকাই ফাওহুনা। , কৈশামপাৎকী মীগী মেলাহুদা পুং ১ হেন্না লেপ্পুনা লৈরা তাখি। পুলিসস্থু লৈ, লম্বী চৎপশিংদা লমজিংনবা। অহুবু কৈশামপাৎ থোংহু লানখোকপা পাক য়াদে। মতাং অহুদা কৈশামথোংলোনদগী হৈজিংপোক্কী পার্টি অমগী হবাগাড়ীহুদা বেন্দ পার্টিহুনা খোল য়ৈহুনা ময়ামবু এন্টরটেন তৌহুনা পুংমুক লৈ মফমহুদা। রিকসাদা পুরকপা অনাবা অমদি লেকথরক্কুনা ময়াম হোংচিন্নৈ। টিডিন রোদ লোনদগী কংল্লা তম্না লাইহরাওবগী লাই লৌখৎপা লাকপা শগোল তোংবা, নাইবী, নুপীমচা অহুল খরস্থু জগোয় শা শাহুনা লাকখি। য়েংবা হৈরবদি কুম্মৈ ভাকতনি কৈশামপাৎ ক্রোসিংগী মীগী মেলা। কৈশামপাৎতা ফ্লাই ওভর অমা শাবদা সমস্যা অসি লাঙ্গনা কোকহনবা য়াগনি থল্লকই। *

## সিকিমদগী হল্লকপা

ডিলিগেট ময়ামনা চৎনগ্রবা নুম্মিং নিনিগী তুংদা ঐখোয় অনী সিক্কিম থাদোকই। ঐখোয়না লোজদা লৈহৌনবা, য়ুমদা হন্নবগী টিকেটনচিংবগী থৌরাংদি সাহিত্য একাদেমীগী রিজনেল সেক্রেটরী শ্রী নিরমল কান্তি ভাট্টাচার্য্যনা হান্ননা শীন্নম্নবনি। আর্টস এণ্ড কলচরগী ডিপুটি ডাইরেক্টর শ্রী সোনম টোপগেনা জীপতা ঐখোয়নীবু সিকিম ষ্টেট ট্রানসপোট অফিস ফাওবা থিন্দোরকই। সোনম টোপগেদি ইম্ফালদা অমুক অনীরক লাকলমলে

ছায়না ৱারী শারকই। মাগী মরুপ সুবোলসিংহদা পীবীয়ু হায়তুনা চা মনা পেকেট অমা শিন্নরকই।

তুনিং অতু জনগী তাং ৭ নি। থেক খোয় তৌবা লম্বী অতুদা তিষ্ট তুরেলনা চপ্লহুনা, অরাংবা উয়ুং, উচান, রোদোদেনড্রোন পাম্বী মরক অতুদা ৱস অতুনা জর জর হাইথরকই। ফজএরবা অকোয়বগী দৃশ্যতু য়েংবদা মীং কুপ্পা য়াখিদে, অৱাবা খওখিদে। অতুম ওইনমক লম্বী তংখায় য়ৌশিল্লকপা অতুৱাইদা দষা তারে। চীং কিন্থতুনা লম্বীদা নল্লে। লেন্দ স্লাইদ তারে। করম্মো গেঙটোকতা অমুক হনবা তারৱা নম্রগা লম্বীছুদা অহিং লেকপা তারৱা থল্লি। লম্বী শেমলিবা মীশিং অতুনা করম্বা মতমদা লৈবাকতু কোথোক্কুনা বসশিংতু মথা চথবা য়াহুনগদৌরিনো খওদে। উপায় লৈতে। ময়াম পুয়মক বসতগী কুমথৈ। ওমথবা লোক মথাদা য়েংথরুই। ঈচেল কল্লবা রংগীৎ তুরেলনা করিশু নাচুংবীদনা মাগী লম্বীদা চেন্থখি। মথক-লোমদা য়েংখৎখিবদা চীংগী চীংদোল অমদা, নুংশামওালনা য়ৈরহুনা মোনেষ্টরী অমা উই। থৌরী থাতুনা কাবা মল্লবদি মোনেষ্টরীতু য়ৌবা ওম্বজাৎ নত্তে। মতু টাসিদাং মোনেষ্টরীনি হায়। মোনেষ্টরী অসি সিকিমগী নিংথৌ Chogyal Chadar গী পোকমিন্নদবা মচল Pediwangmo না খৃঃ ১৭১৬ তা শারম্বনি। Legend গী মতুংইন্নদি গুরু পদ্মাসম্ভাবনা তেন অমা কাপখি হায়। তেন অতুনা তাবা মফম অতুদা চৎতুনা নানা ধ্যান তৌখি। হায়রিবা মফম অতুদনি টাসিদাং মোনেষ্টরী লৈরিবসি। চীংথকতা শাবনি। মফমতু সিকিমগী তুরেল রংগীৎ অমসুং রাতোংনা কোয়শিন্দুনা অশুকপা উমং মরক্তা লৈবনি। মফম অসিদনি অশেংবা টোরটেন অমা লৈ হায়বতু। টোরটেন অতুদা বুদ্ধ ধর্ম্মগী য়াম্না মরুওইৱবা লাইরিক, লাইপুত্রা তৌবদা চংবা পোৎচৈ মমল য়াম্নবা থায়নগী পোৎচৈ য়াম্না লৈ হায়। মফম অতুদা প্রেয়র হুইল ১০৮ অমসু লৈ। মত্র শোম্না শোম্না

খুদিংমিংমা ছুইলশিং অদু উরু উরু লৈহল্লি। গুরু পদ্মাসম্ভাবগী খুদিংদু মফম অদুদা লৈ হায়। স্তুপা (চোরটেন) অদুবু অমুক্তং দর্শন যঙজবদা পী অদুগী মপুক্কিদা তৌরকপা পাপ পুম্বা কোককই হায়না থাজনৈ। ★

## লৈন্দ শ্লাইদ

সিক্কিমসি হিমালয়গী পরিংদা লৈবনিনা খুঙ্গারবা থোকহনবা মমমগা চৈন্নে। মমম অদুনা লেন্দ শ্লাইদ তোয়না থোকল্লিবনি। অদুগীদু মথক্তা অবাংবা চীংগী লম ওইবনিনা মোংসু কদ্মা চুই। লম্বী শেম্বা, খুন শাবনচিংবা শেন্নগং শাগৎপগী থবক কয়া লৌথৎপদসু চীংমায়দা শাফু ওহাক লৈতনা পীবনি। মরমশিং অসিনা সিকিমদা লেন্দ শ্লাইদ তোয়না থোকহনবনি। চীং লম্বী ওইবনিনা ডিমাপুর লম্বীদসু লেন্দ শ্লাইদ অদুম থোকই। নিংশিংল্লকই ঐনা ছাত্রী ওইরিঙৈদা লংফৈদগী হল্লকপদা ডিমাপুর লম্বীদা লেন্দ শ্লাইদ তারম্বদো। মদু ১৯৫৭ দনি। চীংলক অদুদা মাইল অমা শাংবা চীং নিংখায়রক্কুনা লম্বীদু মাংহনখিবনি। সরকারনা যাত্রিকশিংগী য়াইফনবা হোৎনবীদবা নত্তে, হোৎনবী। ডিমাপুরদগী লাকপা বস অদুনা লেন্দ শ্লাইদ তাফম অদুদা যাত্রিক থম্মলগা ইম্ফালদগী লাকপা যাত্রিক পুদুনা হনখিবা অদুগা ইম্ফালদগী লাকপা বস অদুনা ডিমাপুরদগী লাকপা যাত্রিক পুদুনা হনখিনবা শিনবী। তৌবদদি যাত্রিকশিংনা মশা মশানা মানা মানা পুরকপা পোৎচৈ মালচাংদু লৈথোমনা খুকউ য়োবা লম্বী মশাংদু লাম্বোকচরগা গাড়ী গাড়ীদা হাপচগদবনি।

মদু ঐমা থেংনবদু ঐনা পাটিনাদা ফিজিকেল এডুকেশনগী ট্রেনীং চংলুবগী হল্লকপদনি। চহি অমা হোটৈল্দা মুপীনা লৈবা মতমদা পোৎ য়াম্না চঙই। চা, যঙ্গোম লৌজবা, অচাপোৎ তৌমবা জোপ চঙই। মেস

চলাইদবা ঃ নিংতা চাক ইমশাং থোংঅবা খোজালিক চংই। উচাপোৎ হাপ্পবা লিকলি, হক্তবা কৌটা অমিনচিংবা লৈশিল্লি। চহি লোয়রবদা অমতা চুপোকসিংদে, লোইনা পুন্থনা লাকই। ট্রঙ্ক অমা, সুটকেশ অমা, বেদীং অমা। অদুবা পোৎচে বুক তৌহুনা থাদোকপা হায়রকসিহু মতম অদুদা মত্থুগী জান তারমদে। লম্বীনা মরোল অমা য়ম্বিকা। ব্রহ্মপুত্র থোং শাগ্রিউই মতমনি। মাগা হেইবইলম্বী খোমরেম কনাক্তই অতমনি। মনিপুরদগী লংখৈ চৎপা তাবদা নুমিদাং পুং ১ তারদা মনিপুর স্টেট ট্রান্সপোর্ট অফিস য়োরগা বসতা তোংহুনা এসকোর্ট পার্টিগা লোয়ননা চৎলি। লম্বী মরক মরক্তা লেপ্পুনা এসকোর্ট পার্টিহু কুমথরগা পাকথহুনা পোজিসন লৌহুনা কুইনা কুইনা লৈ। ডিমাপুর য়োবদা নুমিদাংগী পুং ৭ তাই। ডিমাপুরদগী ট্রেননা গৌহাটি য়োই। গৌহাটি য়োরগা ফেরীনা ব্রহ্মপুত্র তুরেল লাম্বোকই। অহুদগী ট্রেননা অমুক। সোনপুর য়োবদা ফেরীনা গঙ্গা অমুক লাম্বোকই। পাটনা য়োবদা নুমিৎ মরীনি, লাহবক থিহুনা ট্রেন লেট ওইরগনা নুমিৎ মঙানি। য়োবদা শক চু পুমলোয়নি। মহুগী লম্বীহুদনি পাটনাদগী হল্লকপহু। মহুদনি লেন্দ শ্লাইদ তাবা থেংনরিবহু। মী খুদিং মাগী মাগী মপোৎ তাপ তাপ পায়হুনা লম্বীহু লাম্বোকখ্রে। পৈশা পীরগা পোৎতু লাম্বোকপীনবা মী ফংবা নত্তে। ট্রেনীং চৎমিন্নবা ইবুং মঙাঃ মহম্মদ অবহুস সলাম, উখ্রুলদগী ভি কপীং, ওজা কাউবা সিংহ, ওজা বাবু সিংহ, ওজা অপাবী সিংহনা ঐবু মচন্দা মচলগুম লুনা তৌবীবনি। অহুবু নুমিৎ অহুদদি মশা মশাগী পোৎশিং অহু পুহুনা লম্বীহু লাম্বোকখরে। ঐগী ইতেং পাংবীরবা ঙমদ্রে। শাংগ্রবা লম্বী অহুদা চৎলগা মাগী মাগী পোৎশিং থম্মুরগা ঐগী নাক্তা হল্লকতুনা ঐগী পোৎশিংহু লাম্বোকপদা মতেং পাংবীরবা য়াবা মতম নত্রে। কমদোসিগে খল্লিঙৈদা মযায়া লাওনরকথি — "গাড়ী থাগদোরে"।

মুপীমচা থৌনা কুদোক্তবা য়াখিল্লে। ট্রককী মথক্তা স্যুট কেশ হাপকৎলুনা কোক্তা থোংগৎলে, খুৎ নামনা বেদিংদু য়াল্লে। লৈখোম মরক অদুদা ওকসি ফেৎ ফেৎ হাইদুনা ঐনা তৌবা বিকার দো হান্না লম্বী লাম্লোকখিব-শিংনা কুম্মে ওইনা য়েংনখি। ঐহাক য়াম্না ইকাইখি। অদুবু করমদি তৌনি। কাম্লবা হায়বদু মদু ঐঙোন্দা ট্রেকীংগী পারা অমদি ওইখি।

লাইবক ফবদগী সিকিমগী চীংলম্বীদা স্লিপ তাবদু পুং মুক ঙাইরগা বসশিং অদু লাম্লোকপা য়াহুল্লকখি। লম্বী লাননা মীওইশিংগী হোংনবা অমম্লুং বস ড্রাইভরশিংগী হৈশিংবনা অশোয় অঙাম য়াওদনা যাত্রিক ঐখোয়বু লাম্লোকপীরকখি। ★

## লম্বী চৎপদা থেংনবা সমস্যা

মুমিদাং শিলিগুরীগী টুরিষ্ট লোজদা চাক চারিঙৈদা টি ভিদা পাউ পীরকপা উই, তাই — "অকনবা নোং তাবনা মরম ওইদুনা লম্বী নিংথায়রে, অদুনা সিকিমগা অতৈ লমগা থুমিং হুমনিদি শম্নরোই"। শ্বাই লাউখি। উচিন নাচিন্না ঐখোয়দি দষাদু নাম্লোকহৌবদা শ্বর অমদি হোনথৈ। দষা লোইদে। নোংঙাল্লকপদা অমা অমুক থেংনরে। লোজগী পুজারী জে কে নন্দীনা চা পুরকপদা হায় — "দিদি আজতো বেঙ্গল বন্দ হৈ। আপলোক নহী জা সকতে"।

কুপথনা হংবদগী খঙলে মদু নকসলাইটনা কৌবা বন্দনে। লোজদুগী মনাক্তা, অকোয়বদা, শোরোক্তা অচা অথক, হৈরা য়োনবা ভেন্দরশিং অমফাও থোরক্লে। অকোয়বদু পুমচিক চিকলে। খল্লি কমদৌবা তাই। লুংথিল পুং ৩ তাবদা বাগদোগ্রাদগী এরোপ্লেননা গৌহাটি য়োগদবনি। টিকেটতি পায়রে। কমদৌনা সিলিগুরীদগী বাগদোগ্রা এরোড্রোম য়োগদগে

তায়বসিনি মায়োক্লরিবা সমস্যা। বস. টেক্সি, রিকসা অমতা চেনপ্রে। জে, কে নন্দীগী মতেং লৌহুনা উচিন্না ওটো রিকসা থৌবা অমা চাংনরে। লুপা ৫০ পিগদবহু লুপা ১০০ পীরে। শেল পাম্বদগী রিকসো থৌবহু কিনা কিনা চংলে। লম্বীদা সিকাইনা থংতুনা হংই। ত্রেনা টিকেট উংতুনা, চংহৌদ্রগা খুদোং চারোইদবহু চারহুনা উচিন্না বাগদোগ্র। এরোড্রোমদা অয়ুক পুং ৭ তাবদা য়ৌরে। তুমিং চুপ্পহুনা এরোড্রোমদা লৈরে। এয়ারপোর্ট গথরিটিনা বন্দ তৌবনা মরম ওইহুনা ঐখোয়না পিজ পিথক তৌবগী ফবনি নম্রবদি মকম অহুদা পোং লৈহুনা চাযম লৈপোং নত্তে। পুং ৩ তাবদা এরোপ্লেন তাবরদা থল্লি গৌহাটিদি শোয়দনা য়ৌরেদনা। তুনিদাংহু সরমিয়, আশ্রমদা চঙহুনা লেকলে। সন্ধ্যা মতমদা শরনিয়া আশ্রম মনাক্তা লৈরা ইসকন মন্দিরদা চংতুনা সন্ধ্যারতি য়াওকই। মথংগী তুমিংতা এয়ার বস ফ্লাইট নম্বর ৪২০ না মনিপুর পাংলকখি। *

## পোক্নফম লমদম য়ৌরকপদা

হুমিং খরা লংবৈ চংলুরগা পোক্নফম মায়কৈ পাংলকপদা পুক্রিংদা ফাওরকপা নুংঙাইবতু করম্নবু কোংদোকসিগে। মিনিট ৩৫ দংদা ইম্ফালু য়ৌগনি হায়না এয়ার হোস্টেজনা লাওথোকই। থুনা য়াংনা এরোপ্লেন পাইখৎলকই। চীংলোন মথং মথং লান্থোরকই। এরোপ্লেন মশাহু চেপথতুনা নেমথবা হৌরকই। থোংনাওদগী য়েংথবদা উরে ইমা লৈবাক্কী তুরেল, পাং, অশংবা ফৌনাগী লবুক, শংদিক চারিবা শাশিং, য়ুম, অফিস, কন্ট্রোল টাৱার, এরোপ্লেন তাকন মথং মথং য়ৌদৌরমক্তদা ঙাইঙমদে।

অকে অনৌগী পোং, ফুরা দল্লাল কয়ানা লৈতেংবা সহর কয়া লৈহৌরে। প্রকৃতিগী ফজবনা লৈতেংবা, ঈংনা তপ্পা নুংশিবা, পুক্নিং পেন্নিংঙাই ওইবদি পোক্নফম ইমাগুম্বদি উরক্তে। "জননী-জন্ম ভুমিশ্চ স্বর্গাদপী গরীয়সি" - ইমা অমসুং পোক্নফম লমদম হায়বসিদি স্বর্গদগী হেল্লি হায়নরনল্লিবসিগী অচুম্বতু ফাওরকই।

মপুং ফাদবা ঐগী শৈরোলদা ইমা লৈবাকপু খুরুমজৈ :—

## খুরুমজরি ইমা পোক্লফম লমদম

কোলোয় মীংলেন্না সনালৈবাক
থিক্সরে কোয়না চীংলোন ৱাংমদা
মায়দা য়াওব্রা ইমাগুম নুংশিবা
লৈরমদ্রে নংগুম্না শুমহৎয়াই চেনবীদি।

অশংবা উপাল রাপালনা
ইমা নংগী লৈতেংনি।
ইমা নংগী লবুক্তা
ফৌনানা জগোয় শাজরি।

উচেক বায়া কয়ানা
পামেল থক্তা তোংতুনা
ওমজবা ছন্দ পান্দুনা
ইমাগী গুনবু শকচরি।

য়েংলু য়েংলু খুদিংমক
তারু উরুবা খুদিংমক
মুংশিবনা মহেল্লি
পাইমা পীবুক মুংঙল্লি।

মোমোন নোকলো পলেম ও!
করিগী পিরাং শিন্দুরি!
নপারী নমোম চাউরক্লে
শিন্দ্ পায়বা ঙনল্লক্লে।

পলেমগী লম্মন শিংলনি
ইমাগী বাবা কোক্লনি।
মপোক মপোক খুদিংদা
নংগী নচা ওইরুবা
নংগী সেবা তৌজবা
পীনবীয়ু ইনা মনিপুর।



# নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী ফোরুম

সিকিমদা কোঙ্গৈরকবগী ঐগী পাউদম অসিনা লমদম অদুগী কজবা নিংথিবা অমস্থুং পুক্লিংদা ফাওরকপা রাখলদু ময়ামদা য়েংবা ঙমদবা য়াই। মসিগী মরম অসি ঐগী নিংশিংবগী রাখল পরীংদা মচোই মচোই, মতং মতং তৌবনা ওইবা য়াই। পাউ তপ্পা হৈত্তবদগী ওইবসু য়াই। পাউদম অসি মপুং ফাবা নত্তে, ঐনা নিংশিংবা রাকম খরা লেংশিনবগী রাননি। অদুম ওইনমক গেংটোক্তা পাংথোকখিবা থুপী লাইরিক ইবীশিংগী মীফম অদুদি নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী ফোরম অনা ওইখি হায়বসিদি ময়ামনসু য়াবীগনি খল্লি।

পাকচাউরবা ভারতকী অপুনবা শক্তম, সংস্কৃতি লৈরগসু লমদম অসিদা ধর্ম্ম, লোল, ফিজেং, চংনলোল তোঙানবা মী কয়া লৈরিবনি। তোঙান তোঙানবা ভারতকী ষ্টেটশিংদগী লাকপা ডিলিগেটশিংগী রাখল্লোন, রাডাং, চংনলোলনচিংবদা খেন্নবা লৈবদু সাহিত্যগী সভাদুদা শেন্নবদু মাঙখি। ডিলিগেটশিংদু অমগা অমগা হরাওনা, নুংশিননা শরুক য়ামিন্নে। সভা অদুনা মীশিংদুবু তেন্না নকশিনহনবা অমসুং নুংশিনহনবা হেনগংহনখি। পুন্নমক্না অপুনবা কলচরেল হেরিটেজবু থিজিনবগী অপাম্বা পোকখি। শন্না হায়রবদা লোল, ধর্ম্ম রাডাং, ফিজেং খেন্নবা ভারতকী ষ্টেট অতৈদগী লাকপা ডিলিগেটশিংদু অমতা ওইনা পুনশিনহনখি, সাহিত্যনা। ★

